“ ভারত
সোভিয়েত
অনিগী
মরুপ ওইবগী
লম্বীদা — ”

# অঙকপা খোঙচৎ

## য়াওরিবা শৈরেংশিং ঃ

১। অয়ুক (Morning)

২। তাও (Listen)

৩। লিলি নুংশিরবী ! চিঠিগী মহুৎতা ইবা
(Lily Dear ! In Lieu of a Letter)

৪। পাউখুম পীবা (To Answer)

৫। ঐখোয়গী খোঙজং (Our March)

৬। ভ্লডিমির মায়াকোভস্কী-গী অংকপা খোঙচৎ
(An Amazing Adventure of Vladimir Mayakovsky)

৭। চেগী অকিবশিং (Paper Horrors)

৮। মহাউ খেন্নগনি (Taste May Differ)

৯। ঐগী সোভিয়েট পাসপোর্ট (My Soviet Passport)

১০। নৈচিন ফিজেৎনবা (Cloud in Pants)

১১। মাসি (It)

১২। ভ্লডিমিব ইলিচ লেনিন (Vladimir Ilyich Lenin)

# অয়ূক

শুকখরবা নোংনা
য়েংলি মীৎয়েং অমনা
হৈনিংদবগী।

অচিকপগী রাংমদা
তারুরবা খরা'খ —
থোংবৌ তারাশিংনা য়াম্বুরি কোকথক্তা
যেক্তুগী ফমবাক অমগুম।

মতুগী মথক্তা
পেংখর্র তয়াংনা
হৌগংলকলিবা থবানমিচাকশিংগী মখোঙনা।

তৌইগুম্বসুং
লম্বীগী থাউমৈনা — জারগী
লুপ মতৌগুম —
গ্যাসকী লুপ উপ্পুনা
হোরকলে শিথবা,

লম্বীগী মাকন্দা পরেং পরেং লৈরিবা
ওক্রুবীগী শংশিংদা

কশিন্নু নত্ত চিন-থদাং হৈনবনা
হেমা নাহল্লি মীৎপু ।
অহুগা কিনিঙাই ওৎাব,
কিরবা
কাগীগী মীনোক্কা
নাপুগী অতোরগুলাপুগী হৌরকপা,
ওইহল্লে থেংখোয়-নাখোয়নবা
হুগী পরেং ।
তৌইগুম্বম্নু
খম্মোই কায়রবা অকিবা
অমদি অমোৎপা
পুম্নমক অহুগী মচুংগা
মুংঙাইজরে মীৎয়েংসে মমৈথংদা ;
ইংনা করিন্নু থৌশাদনা বানা লেল্লিবা
অশিবগী মঙাইশিং
ওক্রুবীগী শগুশিং
অমোৎপনা খল্লবা,
পুম্নমক্ক
পাইশিনখ্রে মৈ হৌরবা অচৌবা পাল্ল অমদা
নোংপোক্ক মীকপ থোক্লকপদা ।

( ৯১২)

# তাও

হৌজিক্তী, তাও !
থরানমিচাকশিংনা ঙাল্লিবগি
লৈরাংগনি শোয়দনমক্তী
কনাগুম্ব অম মখোয়বু পাম্বা,
কনাগুম্বনা পামই মখোয়বু খয় ঙানবা,
মহুত্ত কনাগুম্বনা কে ল্লা,
তিনগী মরিক অম, তকুপ তকুপ্পা মশিন্মূক্তা ?

অহুগা নম্মরবদা
উযুম্লগী নোংলৈনা মুমিৎ মুংবগী,
পীরাং শিস্ট ঈশ্বরদা,
কিজ্জ থেংগমল্লে হাংদুনা
হীক্ল হীক্ল কপই,
পাম্মোম তিংথোক্কুনা চুপলৈ,
ৱাশকই
মতুদি মহাক থাংবা ঙমদ্রে লাইবক থিব ওইবসে:
থরানমিচাক অমদি লৈরমগনি, শোইদনা লৈকম থোকই !
- — — ---- অহুদগীদি চংলি লাংতক্লনা
ইংথরবা শাহুনা,

চিরোন ভৌই কনাগুম্বদা,

" নহাক কগৎলেদনা ?

কিয়েন্দনা ?

ফয়েদনা ?

হে ভিক্কী তাও,

কনাগুম্না অমগী শোইদনা ওইপনি থরানমিচাকশিংনা ঙাল্লিবসি,

কনাগুম্বনা ঙাইরি

মহাক্কী য়ুমগী মথক্ত

থরান অমওম্ব ঙাল্লখিগদ্র হায়ম্বুনা ?

(১৯১৩)

# লিলি* নুংশিরবী! চিঠিগী মহৎতা ইবা

কা অসি ক্রুচোনিখ* ইনফর্নোগী মতাং'মনি।
কাগী নুংশিং
চীদাকমনাগী মৈখুমা উমশনগ্রবা।
নিং'শংলিত্রা —
অহানবমক্তা
খোঙনাউদা মৈ চাকলকখিবা,
ঐনা মানখিবা অঙাওবগুম, নহাক্কী তমৌরবী পাম্বোমদা ?
হৌজিক্কী নহাক কয়লি মকমসিদা
থম্মোইদা য়োংকী ফুরিত লীংতুনা;
মোংমদি,
ভানখোকপিরকপা য়াই ঐবু।
মৈ হক্ক ঙাক্রবা হোলদা:
কি শেংশি ঐখোয়: তপথরো,
লমহেন্নবা থম্মোই, অঙ্ক হৌনা থিনগনু!
অঙাওবদৌনা ঐনা চেম্ফোকনি
হকচাংসে হন্নোক্কুমা লয়ীদা,
নিংবা কায়বনা খোঙদগী ভোম কাওবা শোয়দংলতুনা।

* 1. Dedicated to Lily Brik.
* 2 Achapter of Kruchonikh's Inferno-allusion to Games , in Hell, a futurist poem by A. Kruchonikh and V. Khlebnikov [ 1919 ].

তৌবীগনু
তৌবীনু মহু,
মুংশিরবী,
খোইথুম্নরবী।
মহুগী মহুত্তা হৌজিক হায়বীবনা হেন্না কৈ
কায়নরসি হায়হুনা।

অহুবু
ঐগী মুংশিবদি নংতবু তানরি
নচোম্দা যান্নবা
নংনা চেনবা মফম খুদিংদা।
ঐগী অরাবগী পন্থেংদা
অরোইবা ওইনা ব্রাকংলি
হিকু হিক্রু কপ্পুনা
মুংশাগী মৈশানা চোকথরবা শল্লাবনা
চোংথৈ ঈশিংদ,
মশা ইংহুনা পোথাজে।
ঐগীদি
নৈতে মফমসিদা সমুদ্র নংগী মুংশিবা নত্তনা,
ভূমদে পীরাংনস্থ পোথাহনবা।
করিগুম্বা চোকথরবা শমুনা পোথ'বা পামলবা,
তুথগনি মখোঙ তিংথোক্কুনা নৈংোইথক্ক মুংশা ফুরবা।

ঐগীদি
নংগী মুংশিবখক্তনি
মুংশা অমসুং বালম*গীদমক্ত,
অদুম ওইনমক খনজবা ঙমদে ঐনা
কম'না পামগদগে নহাক্কী খুৎপু।
করিগুম্বা
কবি অমনা অন্নুম্না তেংথারবা
লল্লোনগনি মহাক্কী মুংশিববু
পৈশা অমদি মীংচৎকীদমক।
ঐগীদমক্তদি
সংসারসিদা লৈক্রে করিঅমত্তা মুৎঙাইবা
নংগী মী'লেনগী লংলবা খুদোপ্তগী হেন্না।
থৌরী লৈতে য়াম্লনবা,
ভুরেল লৈতে চোংথনবা,
নোং'ম মরু নল্লগা লৈতে হু ঐগী থরায় লৌন্নবা।
শক্তি লৈতে ঐগী ইথক্ত
থৌরবা থাংগী ময়া ওইরিবা
নংগী মীংয়েং নত্তনা।
নংন' কাওথ্রনিদো হয়েংদি
ঐননি হায়বা নঙোন্দা লুহুপ খোনবীখিব',

* উ মখল অমদগী লোবা মনম মুংশিবা মলম। মতুনা অনাবা চৈন্না কহন্দুনা অশোকপা ভাইশিল্লবদা মতেং পাংব হীদাক অম।

ঐনি হায়বা
লৈৰাংগী থম্মোই অহুবু মৈকনখিবা।
ঐগী লাইৰিক্কী চেক্সা থুদিংমা লৈৰগনি
নঙোম্ম লৈশিন্দুনা
মুংঙাইবগী নোংলদা কাম্নদনা হিংহুনা।
ঐগী ৱাহৈশিং
অকংবা উনা ওইহুনম্মু
থম্মোইবু ওনিক ভনিকহল্লিব',
থাম্বা ভমত্রেনে নংবু ?
অোহ
ঐগী অৱোইব থোংলবা পালিচাথকসিদা
খোঙথাকম ওইয়ুকো
খোঙপানখিব, মতমদ' নহাক্না !

( ১৯১৮ )

# পাউখুম পীবা

য়োংনা লেংননবা অহিংবা শাদোং তাল্লহুনা
মশিনা ঙংই, খেকখৈ
অচৌবা পুং অমনি লাল হায়বসে।

মীনাই নাইথাংনা
লাকই নৈবাক খুদিংমক্তগী
চুম্নবা য়োং অহবু মমায়বা কয়ানা শিল্লবা।

করিগীদমক্তনো ?
পৃথিবীনা নিকইবা,
কি শেংল্লিবা,
চরা হেল্লিব;
মীনা ফাগীগী মতৌশুম
ঈগী ঈশিং চাইখৎতুনা ঈরুজরিবা।

কনাগুম্বহুনতা
কুরিগুঙা মকমদা
ফংনদবগীদমক্ত
অলবানিয়া কুরিভখাক্ত থম্না।

মীওইবা ময়াম্বু খুপায়চেৎনা পায়শন্দুনা
ঈ থৌরাংনা লাউরিঃ
গ্রাম্বংলি মথং মথং, পৃথ্বীসি মকু খোল্লি
স্নুপনগী কনাগুম্বা অমগী জহাজ

দাদে'নল্লেস লাম্হোকৃখিনবা
লেম্না !
কুইররোই
পৃথ্বীসি
অপিকপা মফম অমফাওবা লৈহৌররোই।
মখোয়না শেগায়খ্রগনি থম্মোইস্ত,
খোগাযখ্রগনি, মখোঙ মখুৎ ককৃথৎখ্রগনি
স্থূপনগী কনাগুম্বহ্না চিংশিন্নবগীদমক্ত
মেশোপোটামিয়া লাং থন্না।
করিগী মমিংদনো
খোঞ্জেন হৌনা সহর কায়খ্রগদবগুম
বুর্টশিংন নেৎখরিবা ?
কনা লৈ লানফমসিগী অতিয়াদ ?
নিংতম্বা ?
ঈশ্বর !
পৈশা !
নহাক,
কনাগী পুক্সিনো মখোয়না কংথোকলিবা,
নহাক্না হোৌগংলকপা মতমদা
পুকচেল শেংনা পাঙ্গল কন্না.
মখোয়গী মমায়দা নহাকী রাহং হংউঃ
করিগীনো,

ঐখোয়না
লাম্থোংনরিবা ? (১৯:৭)

## ঐখোয়গী খোঙজং

থিল্লি স্ক্যারশিংদা লালহৌবগী খোঙথাখোল্লা !
খোনজেল য়াংনা চাওথোক্লবা কোকশিংগী পরেং য়োনা !
চামথোকনি ঐখোয়না পৃথিবীসি অনিশুবা ঈশিং ঈচাওনা,
পুংজা অহুনি হৌজিক্ অকিবগী শকলোনগা শরিবা।
তপমল্লি চহিগী লুপ্পবা গাড়ী
শুকথমল্লি পংলবা লুমিংশিং
ঐখোয়গী লাইদি খোঞ্জেল য়াংবনি,
ঐখোয়গী থম্মোই লানফমগী পুঙনি।
সনাগী লাইবক লেপ্পা ভগ্না লৈত্রা ঐখোয়দগী হেন্না ?
করম্না মোংমৈ মরুগী মমুনা থিনবা ঙমগদগে ঐখোয়দা ?
খুৎলাইনি ঈশৈনা ঐখোয়গী শক্তিগী শক্তি ওইরিবা,
ঐখোয়গী সনা ঐখোয়গী খোঞ্জেল্লি— তাও ঈশৈ শকপা ঐখোয়না।
নাপীগী লম্পাক, শন্দোক্লুনা লৈয়ু ঈশং শংনা পৃথ্বীগী মথক্তা!
ঐখোয়গী মতমদা তিংথোকনি নাল্লবা শিলক !
চুমথাং মচু শংঙু অমম্বং কুপশিল্লু
মতমগী য়াংলবা শংগোলদা।

থরানমিচাক্কী শুমহৎপগা স্বর্গনা য়েংলি ঐথোয়দা কল্লগা।
বাহ! মসি মাওদনদি ভমদে খোজেল বাংবা ঐখোইগী ঈশৈশন্নু।
হে **সপ্তর্ষিমণ্ডল লাংলিবা ( Ursus Major )
পুগদবনি ঐথোয়বু স্বর্গদা হিংনা।

শকউ ঈশৈ হুংঙাইবগী থকউ থম্নুংয়ৌনা,
বসন্তগী মচুম কপ থম্মা নত্তে খুজোক্লা
থম্মোই, বাংথল্লু নংগী খুবিল!
ওইসন্নু ঐথোয়গী থবাক পিথ্লাইগী শেম্নুং!

( ১৯১৭ )

* Ursus Major : Great/little Bear. Names two Constellations in the Northern himesphere.

# ভ্লডিমির ময়াকোভস্কী
# অঙকপা খোঙচং

**at Puskino, Akulov Hill,**
**Rumyantsev's dacha,**
**27 versts from Moscow**
**by Yaroslavl railway.**

তারমদাই নুমিৎনা লংখৎলকলমই
নুমিৎ হুমফুগী মতৌঙম।
জুলাই ওইরক্‌কদৌরে।
মৈশা কল্লমই,
চপ মুংলমই,
কালেন থাগী নুমিৎ অহু।
পুস্কিনো মনাক্কী অঙম্‌না মাংখৎখিরমই
অক্যুলোভ চীং ভম্মা,
চীংখোঙদনা
ভারি খুঙ্গং অমা
উনা-মানাতনা মোমোম্‌না মথক কুপলহ্‌না।
খুঙ্গং অহুগী মতুংদা
লৈ অহোবা মখুল অম;
ঐনা খংজবদা
নুমিদাংমাইগী মতমদা তপ্প তপ্প

মথুল অহুগী মমুংদা
চংখিগনি কোরৌহনবনা তুমনবা।
অহুদগী মথংগী অযুক্কা.
অযুক্কী ফীজোল থোল্লহুনা
থোক্লকনি কে রৌহনবা
ঙাল্লগনি,
ঐবু ঙাওহল্লিবা ফাওবা
মৈশা অমমমনা মতমবু পোকৃথায়হন্দুনা!
অমুকম্ক,
ঙাওবা হোৌরকলে ঐ
পুন্নমক অকিবনা তাইফেং তাইগ্রে।
"নেম্নথরো, নহাক মতমবু খোনবা!"
কোরৌহনবদা
ঐনা লাউরমই ৈলজবী থাহুনা।
"মেংথরো কোরৌহনবা," মখা চোম্হনা ঐনা লাওরমই,
"মৈশাসি দ ঐখোয়বু ঙৌগদোরি,
ঐনা ফম্বা মতমদা
কুপ্সী কালেন খায়দনা
অসিঙুম্বা শাংকায়রবা লাইশিং য়েক্লবা!
য়েংঙকউ সোমদা," ঐনা লাওরমই, "সনাগী কোক্লেন নহাক,
মতম ওইরে নহাক্কী লম্বী হোৌংবা।
করিগীনো চা থকুপা চংলক্লিবা,

খোকৃপা, তাখিবা অমদি লংখৎপগী মহুত্তা ?"
ঐগী থরানমিচাকশিং লাইবক করবা !
করি তৌগ্রবগে ঐবু।
মঙালগী লুহুপ উপলদু
কোয়োহনবা মশামক
অচৌবা খোঙথাংগা
চংলকলি ঐনা কৌবদা।
হোৎনরমই ঐনা ( ঐগী ) অকিববু কুপশিন্নবা,
পাংদবদগী তন্দনা হন্দোরক্লুনা।
মহাক চংলকলি,
য়াম্না নক্লু লৈরয়ে,
মহাকী ভৌরোক ভৌনা শারবা মিৎপু ঐনা উয়ে।
খোঙ অমম্ভুং খোঙনাউদা
ক্রেক ক্রেক লাঙবা খোজেলগা লিৎশিন্নক্লুনা
কোয়োহনবনা চংলকলি ঐগী কাদা
অহুগা লেপখিরমই
অশাবা শ্বর য়োংশিনখিনবা,
অহুদগী ঙংলকলমই লুম্নবা খোজেন্দা অঙকপগা লোয়ননা !
"ঐবু হেক শেমলকপদগী অহানবা ওইনা
হোংলবনি ঐগী লম্বী !
হৌজিক্তী কবি,
চা অমম্ভুং জামগী য়া তোকখো

হায়রু কৌরিবা করিগীনো ঐবু ?"

ঐ ইশামক মতিক চাপ্রে
য়াহৈ অনিফুগা মায়য়োক্লবদা,
মৈশাহুনা জ্ঞান মান তাদনা
ওনশিল্লমই ঐনা
চাগী কেচটলিদা,
"চংশিল্লকউ, কাঙ্গোয় মঙালমপু,
ফম্মীবু !"

অফবা ওইরমদে ঐগী য়াহৈ অতু
ঐগী পাংদবা মাংগ্রসনু !
খল্লমই ইতোম্মত
অতুগা ফমলমই
ঐনা ঙমজবমখৈ পুক্লীং কাথনা
ফান মথক্তা চমমুনা।

তোইগুম্মনং হায়বদা ইঙক ঙকই,
মঙাল খুদোংগা লোয়ননা
ঐঙোন্দা ফাওরকলমই ইশা কোমথোকলবগুম
মাংখিরমই নিয়মগী ফাজন পুনশনবা
মথোকলমই অস্থুম অস্থুম ।

সিতমক ঐনা ঙাংলমই
তুতমক ঐনা হায়বমই
য়মতদা কত্রবা *রোসতাগী ( ROSTA )

'সোমদা, সোমদা," কোয়্নৌহনবনা হায়রকলমই,
'শাওগন্নু, নুপামচা,
লৈ পোংশিং অয়েকুপা লাইদগী হেন্না ভমখিবা।

থল্লু নহাক্কু লাইস্ত্রা
মকমসিদা নুমিৎচুপ্পা ঙানবনা?
হোৎনৌ হৌজিকমক।

হেক হকখিবগা ৱাকমহুনা নাকোঙদা
ঐগী,
ওইরকখি ঐগী পান্দম
থবক তৌবা, নত্রগা শিবা।"

লন্থীগিদা ৱারী শান্নরমই ঐখোয়না
অমম্বা মুমিদাং ওইরক্লিবা কাওবা।

আহ,
চপ চানা মমলকলে!
ইকাইবা পুন্নমক মাংত্রে
নিংথিজনা কম্মিন্নরে ঐখোয়'নি পুন্না।

---

*ROSTA: Abbr for Russian Telegraph Agency, forerunner of TASS. Since Autumn 1919, under its auspices, a group of poets and artists headed by Mayakovsky produced thousands of colourful posters with rhymed captions on current political themes.

কজবতু লাকলে মক্কপ গুইবগী,
পায়রমই ঐনা মহাক্কী লেংবান্দা,
মহাক্কস্তু থারক্লমই ঐগী মীগুদা,
" নং-ঐ, অনি-গুরবদ',
করিগী চাওখোক্লোইদগে ঐখোয় !
হৌগংলু, কবি !
ঊশৈ শকশি, ঐখোয় ভানসি
ভান্দ্রবস্তু পৃথ্বীনা।
হাপকনি ঐনা ঐগী ইভাল নত্তোন্দা
অতুগা নংনা
নশাগী শৈরেংদা !"
অকিবগী কাখলশিং,
অহিংগী কৈগুমশঙ,
চাকথেকনি ঐখোয় অনি পুনবা মৈরিনা,
শৈরেং অমস্তুং মঙালগী
ভহারবা খোঙথাংগা
তকশিনগনি হারাউনা লাওহুনা।
চোকথরকলে কোরৌহনবা
হায়রকলে কায়নরসি
ভুয়নবা, ঐবু থাদোক্কুনা,
অতুদগী ভানথংলমই ঐনা লৈজবী পাজলগা,
অমুক হন্না ভাল্লমই মুংথিলগী মভালনা।

ঙানখংল্লু ৱাংনা থক্ত,
ঙানখৌ পৃথ্বীগী মথক্তা
পুক্সিগী মচুমনা কংদ্রিবক্তাওবা—
ঙাল্লু—
নংগী শাংকায়বগী মতিক পুক্কমক্তা,
অঙ্গুমনা হায়রমই
ঐখোয়নিমক্তা কোরৌহনবা
অমম্পুং ঐ!

( ১৯২০ )

## চেগী অকিবশিং

পায়রক্কবা ঐনা
ঐগী খুবাংনা
সৌরজগংসিগী খুজ্জি
লেপহনগনি মিনিট অমা পৃথ্বীগী খোঙচং:
" ভাও,
ভাক্সা নহাক্
কলমনা খোংলিবসি,
চীংজাও অমম্পুং ভমদা,

অমম্বদা
চীকপগুমনা
পৃথীগী ময়ানা ক্রক ক্রক?"
মীওইবগী নাপল,
নেমথগ্রসগ্ন,
মতম চুম্লগী কাওথোকগ্রসগ্ন।
বিল্লু অমনা
মীওইবগী তুংগী পুক্নি
লোইহললি।
মীওইবা
ওইরকলি তগ্ন তগ্ন
মুকচাবী
চেল্লোঙ্গা
হক্ল মক ওইরবা চেপিংগী।
মীওইবনা থিংজিল্লি চেংনা মমিগুম
মুমপানবগী ফুংঙাইবদা।
স্ক্যারক্রিট তন্না মী অমগী
অদুম ওইনমক চেগী ফুংঙাইবদদি
ওফিসকী পাও পুরমক
টেবলগী মথক্তা চোংলি

নত্রপা থমই চেকশন্না
হেক চল্লিবমথৈ য়ামনা।

শরেং লেংলি কুদা
কীগীদমক
হুকান অমদা।

খোঙুপ লৈতে খোঙলী,
নহাকী খুংকী মোক্তা অমগুম্থু লৈতে!

তোইগুম্মম্থুং চেদদি
শংবায় থম্না লৈ,
মহৈ মরোং য়ামনা লোকই,

অহুপা কামত্রবা "কেশশিং"
ফাইল থম্না।

লমকোয়নবা রুবল—
'কয়ায়ামনা
নংগী লৈবগে?

মাত্রিদ ফাওবদা চংলুরবরা?
ঐনা হায়রি —
চংতে!

অহুপা চেদদি
মথোয়না ঙমনবা
জহাজদা অমস্থুং রেলগাড়ীদা।

মখোয়না লীংখৎকদোরি
অবৌবা *জি: পি: ও: অম ফাওবা !

অপাবা ক্লিপকুম
শোম্বরে খোঙনা
হায়া কল্লম্বহ্ন ।

পাওতাকশিংনা লৌশিং মাংহল্লে —
কনা অমত্তনা অম্মাংবহ্ন থংল্রে ।

মীনা হন্থরে অঙাং পাখোল্লোয়
কোয়চেন চেনবদা

চেগী থবক্ত
বোস ওইরে ।

চেনা চোংথোরকলে
পোর্টফোলিও চল্দহ্বনা,

মখোয়গী অঙোবা মানা
হিগৎপা তাদনা;

কুইররোই মীয়ামনা
উপশিংচিনথিগদবা ফাইলগী মন্নুংদা
লৈফমগীদমক,

লৈফমগীদি —
চেনা
ইনশিল্লকনি মখোয়দা ।

*G. P. O.: Russian Intellegence Department.

ঐনা উরে তুংদা ওইরক্লদবা
নুংঙাইবা নৈলক্রে ঐগী,
তৌইশুক্লসুং লাইকাও .অমদি
লাওরি ঐনা
চেগী শিঙানা;

চেশিংনা
কমগনি টেবল মথক্ত
অমসুং চাগনি।

অতুগা অশাবা মুর্ত্তিশিংনা
টেবলগী মথাদা
থুপচিনগনি।

পাইহনগনি ঐনা
নোংলৈ অমনা
লালহৌবগী কিরালশিং

শেগারগনি চেশিং ঐগী মানা চিকথংতুনা
অতুগা, শাউনা লাওগনি।

" ইঙ্কি থুদীংমক
কায়ত্রবা চেগী
প্রোলেটারিয়ানশিং,
নংগী য়েক্লবগুয়া তুকচৌ,
হঙ্গোইয়ু নরক্লম!" (১৯২৭)

# মহাও খেন্নবা য়াই

শগোলনা
উট উন্থনা
মতোমক্ত খোংহুনা নোক্লে।

" অসিগুম্না
অঙকুপা
স্বরূপ চাদবা জীবনি শগোল।"

উটনা 'মুবক্ত নোক্লঃ
" নহাকপু শগোল ?
নত্তেদা !

নহাক অসে চাওখৎল্লিবা উটনি,
থোইন দরকার লৈতবা।"

ঈশ্বরতনা
পুম্নমক থংলিবা,
থংই মখোয় খোম থকপা
মখল মখলগী জীবনি।

( ১৯২৭ )

# ঐগী সোভিয়েট পাসপোর্ট

ককথংকনি ঐনা
বু্যরোক্রেসিগী মওংশিং
ককথংকনি ঐনা।
অচৌ অশাংশিংবু ইকাইখুম্নবা —
উৎলোই নাম্বোক্লুবগীদমক !
থাদোকখিগনি নরক্ত
অফবগীদমক
মল্লবা চে খুদীংমক
তৌইগুম্মম্নুং মসিমদি ....
বার্থ অমম্নুং কম্পার্টমেন্টশিং লান্দুনা
পবেং নাইনা
চৎলি কস্তমগী অফিসিয়েল অম
মওংদা থোইদোক্লা চৌংলেম্নবা।
যাত্রিকশিংনা পান্নরি পাসপোর্ট মখুৎশিংদা
অদুগা ঐগীনা ঐগী খুৎতা,
ঐগী অঙাংবা উখুম পানবা
বই মচা।
পাসপোর্ট খরনা
মোমোন নোকহল্লি
ডাইহাকী ওইনা।

অতোপ্পশিং
মতিক চারবস্থ
য়ানিংহন্দে।
ইকাই খুম্নবা
উংলি অথম্বনা
মখোয় খরদা।
খুদম ওইনা
ফমুং অনি কনশিল্লিবা
ব্রিটিস লিওশিংদা
কোক নোল্লি লেপ্পনা,
থেংজিল্লুবগুম জহাজনা মুংজাও'মদা,
" Kind old uncles." ভা
মখোয়গী মীংনা য়েংলহুনা,
লৌই,
মখোয়না পায়রবগুম,
য়ুঙ্গানবা
*য়াঙ্কশিংগী পাসপোর্ট।
পোলিসশিংগী পাসপোর্টশিংদা
য়েংই মমিং লাওথোক্লুনা

*Yankees: Cityzen of the New England states/in habitants of the northern United states.

মকোক চাওবা
পুলিকী অপংবগা,
হায়নিংবগুমঃ
করিনো
পুম্নমক অসিবু
ইমান মান্নদবসিবু
পৃথ্বীগা ?
হায়রেকেং ফাওবা ওনশিন্দনা
কোবী মানবা মখোয়গী কোকশিং,
য়েংলমদে মখোয়বু
হুন্না ফাওবা পায়হুনা,
লৌই মখোয়না
স্ব্ইডেনগী পাসপোর্ট
অঙাওবগী মওং ওইনা,
অতৈপ্সু,
উটচশিংগীসু।
অহুগা খংহৌদনা
মিঃ অফিসারগী মায়থোং
পৈথোকখিরমই
মহাক্না
ফত্তবগী মনম নমলবগুম।

ভাপ্না শাবীরো অদোম্বা মহুবু:
অফিসারহুনা লৌখিরম্বই ঐগী
অঙাংবা চেনা মখুম পানবা অঙাংবা পাসপোর্ট।
মহাক্না পায় মদূবু
শবৌগুম তিংখং পানবা
নত্রগ। বোম অমগুম,
খোই অমগুম
মমুনা
থিল্লকদবা,
য়েংশিন্দুনা লৈবা লিনগুম
গজ অহুমলোম শাংবা
চামরোম পানবা
ভমথীরবা মমু।
থোঙাকুপা মমিং খল্লমই কুপফেং কুপফেং,
অচুম্বহু হাম্বদা,
নহাক্না পোং-চৈশিং
লেমনা.
পুগনি আ ফাওবা।
জেনডাম"হুনা
য়েংলল্লমই ষাহং হংনিংবা
থোঙাকুপহুদা,
হয়া য়েংলকই থোঙাকুপহু:
করি তৌদোরিনো মঙোন্দা ?

মুংঙাইবগীনো করি
জেনডার্মশিংনা মতুবু
ফঙনা লৌরিবা,
ঐবু উন খোকনি.
হাংকনি
ফাঁসি তৌগনি
স্বপ্নগী পায়বগীদমক
থঙ্গোল
মুংথঙ য়েকপা
সোভিয়েট পাসপোর্ট
ঐগী খুত্তা!
ককথংকনি ঐনা
ব্যুরোক্রেসিকী মওংশিং
ককথংকনি ঐনা।
অচৌ অশাংশিংবু ইকাই খুম্নবা
উৎলোই নাম্থোক্নবগীদমক।
থাদোকখিগনি ঐনা
অকবগীদমক
মল্লবা চে পুম্নমক
তৌইঙুম্নুং মসিমদি ....
সার্টিফিকেট পুম্নমক্তগী
হেন্না মরু ওইবা
পোৎকুম

লৌথোক্লমই ঐনা
ফুরিটখাউদগী খোঙ্গ্রাওগী
ঐগী ডোকুমেন্টশিং ম্লাওরিবাঃ
পারমই মদুবু
কল্লকচরমই ইতোমত —
সিটীজন অমনি ঐ
ইউ এস এস আরগী।
( ৯২৯ )

## লৈচিল ফিশেৎনবা

( প্রোলোগ )
নহাক্কী রাখলনা
অপংবা কোক্ত মং-মংলি নুংথিলদা
চাক থল্ল চাশিন্দুনা মোল্লবা সোঙাদা লৈরিবা থৌগনবা মীগুম
চেম্মহনগনি ঐগী থম্মোইগী ঈ মবাং কায়না
ইকাই খংদবা ন'বু নোক্লনবা, নশাখিংদ্রিবফাওবা নংনা।
ঐগী থম্মোইদা হৌদে অঙৌব শম অমফাওবা,
অহল ওইবগী শোন্থরকপা লৈত্তে !
মফম খুদীংমক্ত ঐগী খোঙেল হৌনা লাওরি,
ঐহাক ওইরি শকফজবা,
চহি কুন্নিথোই শুবগী।

ভাইওলিনগী লমজেলগা
নুংশিনরি নহা ওইবশিংনা।
য়দয়না চাংদম্লরি ঝালগা।
তৌইগুম্মস্নুং ঙস্না ঐগুম্না মম্নুং মপাল ওন্থোক্লবা
কার্'মত কৈহন্দবা চিবাল নত্তনা, হকচাং য়াওদবা,
খোঙ খুং য়াওদব ?

লাকউ ঐ তাকচগে নচোম্দা,
মিস ( Now-Now-No Fooling )
হুতকা ওইবা য়া, চৌংগী অঙস্না চৌংমায়গুম লুরবা।
নহাকস্নু লাকউ ইংনা চৌনবালদা শোকলিবা
পুজারা অমগুম চাকথোংবগী লাইরিক্ত মপাল লৌরিবা।

নহাক্লবু পাম্লবদি
ওইবা ঙমই ঐস্নু লমহেল্লবা শাদোং,
হৌন-খংবা নুংশিনবগী ওন্ন-তৈনবা।
নত্রগা
নহাক্না নিংবগী মতিক খোইথুম্লনা থোংলবা,
নুপা অম ওইনা নত্তবা লৈচিন ফিশেংনবা ওইনা।

থাজরমদে ঐনা ফজবা লৈ হায়বা লৈ ওইবগী।
ঙসি অমুকস্নু হন্না ঐনা শক্তি থাগংপগী ঈশৈ
পাপচেল্লবা নুপা ওইবশিংদা, নত্তবা শাজংনা নারবা,
নুপী ওইবীশিংদা চন্নদ্রবা লীরবা য়ারীগুম লৌরিবা।

১

নহাক্কু খল্লি মসি পাখৎপরা ? মেলেরিয়ার ?
নত্তে !
অসুম্না খোকখি
ওডেসাদা
মতমদুদা
" ঐহাক পুং মরিদা লাক্কনি," মারিয়ানা হায়খি।
নিপাল।
মপল।
তরা।

মুংখিল অদু,
মুংশুক নুংজানরবা, নিংথম থাগী ইংলবা,
খোঙশানগ্রে খোঙনাউশিংদগী
অহীংগী তমথিবা তম্না।
মহাক্কী খোংলবা মনমদা তুমিন তুমিন লাংনরদুনা
মৈ চুখুৎনরমই মোমবত্তি শাবশিংনা।

নহাক্না ঐবু শকখংলরোই
পাঙল্লব চীংজাও অমবু
ঙংলদুনা অমসুং য়েংশন্নদুনা
পরেং খুদোংমক শমজন্নরিবা !

অদুগুম্না চীংজাওদুদা য়াংলমগদবা করিবু ?
পুন্নমক !

ঐ ইশামক, নহাক্না খংইহনি, মহুন কন্নিন্থ খোইদোক্নে
ঙাইরবনি ঐ পিথ্রাইগী মুর্ত্তি,
ঐগী থম্মোই য়োংনি, উন্নি।
মুমিদাংদা পামই 'অমনা মহাক্নী য়োংবী থম্মোই পোখাবা
করিগুম্বা মুপী ঙাইবীগী মওং ওইবদা,
থোংনা নৌনা ফজরবা।
মশীং নাইত্রবা,
মনম পোল্লবশিং
ঐনা উখি থোঙনাউদগী
লংলবা খিরকিদা ঐগী লাইবক্না শোঁদোক্লিউ।
ভশেংনমক মুংশিবা লৈত্রা নত্রগা লৈভবরা ?
অচৌবরা
নত্রগা মচারা, ?
অচৌবদি ওইবা য়ারোই অম্মুম্না ভমথিবসিনদি ;
ওইগনি শোইদনা মক্লবনা মুংশিনবা,
পাংদবা য়াওনাওগুম্না,
হুনজিনগ্রো,
ঙংহনা চেল্লিবা মোটে'রকারদ' তমথিনা
পুজা তৌহনা ব্রামগী শরিক্তা।
ঙাইরি ঐনা অম্মুমনা ঙাইরি
মায় অসিনা নোংনা ফুবতদা
মকুৎ মকুৎ কুৎনা উনশাসি।

মীকুপ্পকী লমথেল
মফমসিদা ঐনা লেপলিংঙৈ, চাইখারখরে
সহরগী য়াক্লবা ঈথকী খোনজেল্লা।
অহীং নোংয়াই চংশিল্লকলি থাঙ পাম্ভুনা,
ফাগ্রে,
থিনগ্রে সুংথিলদা —
তন্দনমক্ !
তরানিথোই পুংজানা
ঠৈরেং ভুরেং চৎভুনা
হাইথগ্রে
মীহাৎপগী মকোক্নুম মঙকুককুথৎলবা।
নোংগী ঈরিক্ল জারি থোঙনাউ থোঙবাদা
মরিক মরিক চাইথাররভুনা,
উপাই লৈভনা নোটর দামদা শাংনা খোংলিবা
শাউরবা শাঙুম তমথিরবা।
অরাবনি !
মহাক (she) লাক্লিবরা হৌজিক ফাওবা ?
কুইমল্লে লেপলকুপস্থু।
অদুদগী ঐনা তাইঃ
খোৎনা মেংনা
শিংলি অম তৎলবা
অনাবা অমগুম ফমুংদগী

অহুগা
অহানবদ, তপ্পা,
রানা উপশিংলহুনা,
অহুদগী চেল্লক্লে
মক্কম অমদগী অমদা
মহুনা অমস্তুং অতোপ্পা অমিনা চোংহুনা চংলি
নিংবা কায়বগী ভাওরবা জগোইদা।
তমথিনা তারকলে ! — শিলিংগী প্লাষ্টরনা মখাদা
শিংলি নাউরীশিং,
ইপং পংনা,
খূরুপ থাহুনা চোংলে অকিবনা
অপিকূপা,
অচৌবা,
নাইতোম অমস্তুং জুরাদা,
লমজেল চেল্লি তৃত্রিফাওবা
চোকথবনা।
অহীংনা চংলকলে কা মনুংদা, ইচোং চোংপা লৈখোমগী মওংদা
লূমথরবা মীংনা ঐগী য়ৈশিন্দুনা লৈরি
লৈখোম মরক্তা অহীংগী।
খংহৌদনা কোরিডোরগী থোঙশিং থেংগাইনবা হৌরকলে
হোটেলগী ময়াশিং পাখংনা
চিক্লররুবগুম ক্রেক্ ক্রেক্।

নহাক্ চংলকলি,
ইশম শম্না ভাকথোক্তবদা ছুরিনা থিনজিনবগুম
ভংলদুনা খুৎমোজাগী শাউনবু নহাকী
“নহাক্ থংইদুনি,
লুহোংলবনি ঐ!”
অদুগা হৌজিক্ত মুংশিবগী বা ভাংলিবা!
ফরে চৎখংলু
করিস্ন শোক্কদবা নৈতে।
য়েংলকউ ঐডোন্দ
ঐহাক ভপথরে
মীতুলগুম শিরবা মীগী।
নিংশিংলিবরা—
নংনা হংবদাইঃ
“জেক লণ্ডন, ( Jack London )
পৈশা,
মুংশিবা,
কাম —
নত্রা মখোয়দি অশেংবা?”
অদুগা ঐ — পুম্নমক, ঐনা খংবদদি
নহাক জিওকোণ্ডানি
কনাগুম্বনা হুরানখিগদবা।
অম্মুমা মখোয়না তৌরমই।

অমূক্ হয়া, নুংশিবদা ঙাওরবা, ঐনা চোংশিনগনি শান্নবদা,
ঐগী পীগুমদা নয়ক্কী মৈনা পুম্নং লংনা চাক্কুনা।
করিগীনো মহুদি ?
মৈহৌরবা য়ুম অমনস্তু
করিগুম্বদা চংজকম পীবা ঙমই য়ুমলিংদবশিংদা !
নং ঐবু ঙংলিবরা ?
"চাকনিবা অমনা চাওথোকচবা ঙমই পেনি য়ায়া লৈবগী
অঙাওবগী মনি-মুক্তা লৈবা নঙোন্দগী হেন্না।"
নিংাশংলিবরা
পোমপাইদা তাখিবা লাইবক অহু
মীওইবনা শাওগৎহল্লবা বিস্মুবিশ্বাসনা হৌগৎলকপদা ?
হে মহাশয়,
অশেংববু মাংহনবগী
নুংশিনবশা,
মীহাৎপশা,
চৎনবী য়াংম লানবশা;
নহাক্না উরবরা
অকিবা পুম্নমক্তগী হেমা কিরবা —
ঐগী মায়থোংনা হৈং-ভপ্পবা মঙমদা মপুং ফানা ?
ঐঙোন্দা ফাওই
মহুদি "ঐ"
ঐগীদমক্তদি পিকমল্লে;

থিংঙমদনা, ওল্লকলি ঐহাক কনাগুম্বা অম নত্রগা অম।
" হলো !
কনানো ঙাংইবদি ?"
কনা ওইবা য়াই
ঈমারা ?
ঈমা !
নহাকী নচামুপা শকহেন্না নারে।
ঙাইননবা মতমন্তু লৈত্রে।
মহাকী থম্মোই মৈ চাক্লে।
চৎপীয়ু পাউদম্বীয়ু মহাকী মচল অনিদা, তন্দনা !
নত্রবদি মসি থেংথমল্লগনি।
ৱাহৈ খুদিংমকু,
মহুনা ফাগী ওইহুনম্মু,
মৈ হোৌরবা মচিন্দা থগেবকলে, ঈমা,
চোংলে ফীখোংত্রবা ওক্তবীগুম মৈখুমরক্ত
মৈ চাকলবা ওক্তশঙগী।
মীশিংনা মনাতোন শুগংলি —
করিগুম্বা অম ঙৌরিমাল্লে।
টুপী ঊপ্লহুনা ব্রিগেড অম লাকই
* মৈ চাক্তবা
ফুরিত খোঙ্গ্রাওগা। (asbestos)

---

Asbestos : Fire proof garment.

চেকশল্লু নহাক্কী খোঙউপ বুটশিং মেসর্স কাইয়ামের্ন
চেকশন্ন-ন্নুংশিনা শেন্নগদবনি মৈ হৌরবদি থম্মোন্নদা।
ঙাইখো,
হাংদোক্কনি পীনা থুমহৎলবা ঐগী মীৎসে ঈশিং কোঞ্জিলগীদমক
পান্নহনবীয়ু মুর্ত্তি শুরবা ঐগী হকচাংদা।
তৈয়ান্নিদা লৈদ্রুনা; ঐহাক নাম্থোক্কনি, তমথীবা ওইদ্রুনস্সু
নাম্থোকপনা।

ন্নাম্মখরে মখোন্ন !
থম্মোই অসিনা পায়শল্লকুলে ঐবু খুৎপায় চেৎনা।
ঐগী চিনবালনা,
কুক কুক লাকশিল্লকপগুম মৈচাক্লবা খোঙনা
লাম্থেংনরি করিস্সু লৈত্র' চুপ্পব অমবু লেমহৌন্নিবা শরুক পুন্নমক্কা।
ঈমা, শকপা ঙমলন্নোই ঈশৈ মখা তাথনা:
চরম মেৎলে মৈখু অসিনা ঐগী থন্নাইগী শুরবু।
মখল খুদিংমক্কী কাহৎলবা ন্নাহৈশিং, ন্নাহৈ ন্নাতাশিংনা
ঐগী চাকলিবা কোক্কগী চোংলি হীংননবা।
অস্সুক্কী মতিক তমথিনা, অমুকথকু মৈচাক্লবা খুৎ থাঙ্গৎখি অতিয়াদা।
মৈহৌরবা * লুসিতানিয়াগী ডেক্কগী।
মীশিংদা তনিকলিবা য়ুম পানবগী ন্নুংঙাইবদা
মমিং চাম পাল্লবা মৈরিনা শন্দোক্লিবা নোঙ্গন্ন থাংকমদগী।

---

Lusitania : British Steamship sunk by a German Submarine in 1915.

নহাক, তঙাইদনা,
ঐগী অরোইবা খোল্লাউসে
ফোংদোকউ ঙংহনাঃ
"ঐহাক মৈহৌরে!" হায়হনা
লাক্লিবা শতাব্দীশিংদা।

২

ঐবু থাঙ্গৎপা, মঙাল হাপ্প!
করিনো অচৌবা হায়বদো, ঐঙোন্দা?
শেমবা পোং খুদিংমক ঐনা হাপলি ঐগী মঙং লৈতবা।
লাইরিক পাবরা?
তূকচ্চে রাকম অহু ঐনা।
লাইরিকশিং?
কয় দা হৈনিংখিদ্রবা!
ঐনা খল্লি
লাইরিকশিং ইরি লম্বী অসিদাঃ
কবিনা লাকই,
তরাইনা কাংই মহাক্কী চিনবাল
অমম্বুং শকই, কাম্নদ্রবা পংলবা রাখলশিং হাপ্পুনা, থাদোকখরো-
চানবীদ্রনা!
তপ্লেংনমক্তি,
ঈশ শকপা হৌগ্রিবৈদো
নহাক্ক চংলি, অশাবা ঈথিলনা কোঙোল কানা

মতমহৃদা মুংঙাইনা লৈওল্লি 'নহাক্কী থম্মোইগী ঈশংলক্ত
পংখ্রব ঙাহৃগী কলপ্পানা।
খুন্নু অমম্মুং নোংইন্না.' ছন্দদা ঈশৈ শকই;
মহাক্না হাপই মহাক্কী পান্ন মনুংদা, পংলবা জ্ঞানহৃ
ঝাঙাংদনা চংশা মতমদা লম্বীনা
লৈখিদে করি'মত্ত লাওনবা নত্রগা ঙাংনবা।
নাপল তৌনা, শাগংলি ঐখোয়না হন্না হন্না
সহরশিং, বাবেলগী টৱারশিং;
অহৃদগী ঈশ্বর লাকই
ইন্দুই সহর লৌবুক্ত
য়ানশিন্নরবা ঝাহৈশিংনা চোইঙাং ঙাংহৃনা।
মসিগী খোল্লাউনা
চরম ফ্লে,
অফামস্সগীদমক ফারবগুম,
চিক্লবা লম্বীসে, অৱাবনা হোল্লে শ্বর ফুইনা,
পোংথোকনবা টেকুসি, অশেংবা শগোলগাড়ী
চপ চপ লেপলি লাকুশিনগ্রবগুম মন্নুংদা ফীবুল নমহৃনা।
থম্মোই খুদিংমক খোঙলম্বী ওইরে -
খরচনা নারবশিং য়ুম লৈত্রে -
চচ´ স্মুমাংগী মপান্দা চেম্মোক্লুনা, মহৃনা মহাক্কী চংলকই
খোনাউদা
ফ্যারগী মপান্দা ওম্ভোকই অহেনবশিং।

ঈশ্বরনা অস্থুম্বা তৌরকদবামাল্লি অথোইবা চুতকী খোঙলোয়গা
কুমথরক্লগনি মপোৎ হুরানগ্রবগুম দণ্ডিগীগদা পায়হুনা।
তৌইগুস্সুং লম্বীনা ফমলি, পাথৎনা লাওরহুনা
"ঐখোয়-তকথায়রে — !"

হৌন খংদবনা নৈতেংলবা মীশিং — ক্রুপ অমস্থুং ক্রুপশিংনা
মচু শংলি সহরগী মায়থোংদা শুকুতোক্লহুনা
চিনবান্দ মীনম্ব রাহৈনা — মীয়াম্বু মাংহল্লহুনা,
অনিখক্তমক হিংলি মকা লাম্না
বাষ্টার্ড
অমস্থুং
বোর্স চ।

কবিশিংনা, পীরাং পীরোইন হিক্ল হিক্ল কপ্পুনা
চেল্লি অহাংবা লম্বীদা থম্মোই পায়শন্দুনা।
"করম্না শুগদগে ঐখোয়গী থবক
মুংশিবা অমদি মচুগী ফীজোল
অন্নিথকসিগা
নৈরাংশিংগী ঈশৈ শক্লবা ?"
কবিশিংগী ভুংদ —
লম্বীগী জাতি ;
ছাত্রশিং,
ওক্তবীশিং,
ঠীকাদারশিং।

খুঙ্গংগী মীশিং !
লেপখো !
করিগীনো চাং-ভাবা অসিবু ?
নংগী করি থৌনা লৈদুনা হায়জরিবনো মখোয়দা শেন্দোংলবশিং ওইনা ?
ঐখোয়. পাম্বোম পাঙ্গল চাওবা,
ওইনবগীদমক্তরা ঐখোয়বু চাকনিবা ? মচুগী'হুভা :য়াম্বেক্লো মখোয়বু,
পোৎহাপকুম্না য়াল্লিবা
ফমুং খুদিংদা অনি তূম্বা।
হংগদরা মখোয়দা থৌজালগীদমক ?
ডাইগদরা মখোয়না য়াবীদ্রিবা ফাওবা ?
হায়জগদরা থিকনেম্বা অইবশিংদা স্তোত্র অমস্তুং বক্তৃতাগীদমক ?
ঐখোয় ইশামক
ওইরি লৈশেম্বশিং (মৈ) চাক্লিবা স্তোত্রদা—
খোঞ্জেলগী কেক্তরি অমস্তুং লেবোরেটরিগী।
ফোষ্টস করিনো ঐঙোন্দ
ঙম্মমলবস্থ মহাক্র চেনবা
লাইগী মৈরক্ত * মেফিষ্টোফেলেসকী নাকন্দা লৈরিবা !
ঐনা থংই, য়োৎপীনা ঐগী খোঙ্পকী
হেন্না তমথি গোথেগী মচিং-মশেলদগী।

Mephistopheles : Devil in the Faust story. The Devil in a German legend,

ঐ, সনাগী লৈয়েং পাল্লবা,
ঐগী মাহে খুদিংমক্না
পীহুনা হকচাংদা অনৌবা পুন্সি
নৌনা পোকহল্লিবা অল্পাবু,
এনা হায়রি নঙোন্দ
জগৎসিদা হিংলিবা খাইদগী পিক্লবা ফাওবনা
মমল য়াম্বা হেল্লি পুম্নমক্কগী ঐনা ইরিবা
— পুম্নমক্কগী।
ভ'ও!
চৈরহুনা, ঈশ্বরবু শিরাপ তৌরহুনা
লাওগনবা *জোরোষ্টরনা ঙসিগী তৌরি ধর্ম' প্রচার।
ঐখোয়, চিনবালশিং কোয়রক কোয়না থাউমৈ মখোঙগুম,
মায়থোংশিং অমোংপা প্লাষ্টরগুম,
ঐখোয়
মরি তংত্রবা গুণ্ডাশিংগী করপসনগী য়ুম সহরগী
সনা অমম্বং অমোংপনা কীনিঙাইরবা লায়না পোকহল্লবা মকম
শেংবা হেল্লি ঐখোয়না ভেনিস মশাগী হেনথোইনা শেংজবদগী—
ঈরুজরিবা, গুদোক্লিবা নুংশা অমম্বং সমুদ্রনা
ঐগীদমক্তদি মুংগাইত্রে য়াম্না
মহুদি *ওভিডশিং অমস্থং হোমরশিং

1. Joroaster : Ancient religion founded by Joroaster.
2. Ovid : Latin poet 43 B.C. to 17 A.D.
3. Homer : The poet of Greece ' 850 B. C author of Iliad and Odyssey.

লৈখিদে কনা'মগ্ল ঐখোয়গুম্বা,
পুম্নমক্ কয়লাগী দাগকম হকলবা, পুম্মু-মুরবা।
ঐহাক খংজৈ,
কোরোহনবা চংশ্রগনি, চাননমক;
হেলেনগী ফজবনা পুমপং পংথহন্দুনা ঐখোয়গী থরাইগী।

লাইশোল লৈতে অম্বুম্না শোয়ব্রব', পাম্বোম অমস্তুং থাংবা কয়গুম হায়ব। ইনবা, ওপমেংবা হুনজিনশ্রো লৈতান্দা।

ঐখোয় —
ঐখোয় অমমমনা —
পায়রসি ঐখোয়গী খুবামহুংদা
থোরা পৃথ্বীগী খোঙচংকী।
মসিনি ঐমা হাইগংলিবা রোষ্ট্রমগী মথক্ত * (calvaries of Rostrums)
খুঙ্গংদা, সহরদা, অনেম্বদা অমস্তুং অরাংবদা,
লৈখিদে অমগুম্বু থরাই পানব। নাতোন নাচি কন্দুনা
লাওখিদে,
"পাং ভিংউ।
পাং ভিংহুনা হাংলু!"

* Calvaries of Rostrums : Mayakovsky and other futurists undertook a tour through Russia in late 1913—early 1914.
Calvary : The name of the place where Jesus was crucified

তৌইগুম্মসুং ঐঙোন্দদি,
নখোয়, মীয়াম,
থ্বাইদগী তমথিবা কাওবা
ওই অস্তুম্না নক্লবা, লৈতে উম্নরোইদৌবগী।
স্তুমায়দা ছুই উরহুনা
খুং থারিবহু মহু কুরিবরা ?
ঐনা
নোক্লে হৌমিম্নরকপা জাতিদা
ফাগীগুম লোইবা নাইদ্রবা অমসুং অকামপেৎনা
লংকুপা উহুরনা মতমগী চীংশাং মথক্তা
মহু কনানসু উখিদ্রিবা হৌজিক ফাওবা।
মফমহুদা, ফীজং খল্লবা, শিংনাইরবা মীশিং লেপলি,
চারা হেল্লবা য়ুমলিংদবশিংগী কোথক,
ঐনা উরি,
ভিংখংগী লুহুপ উপ্লবা লালহৌবগী
চাহি অদো ১৯১৬ নকশিল্লকলি মাম্না।
অদুগা ঐনা মখোয়গী মরক্ত
ওইরি মদুগী পাওজেনবা,
অরাবা তারবা মফম পুম্নমক্ত
লৈমায়দা তাপ্রবা পীরাং খুদীংনা
তাহল্লিবা খুদোং থিবদা,
পাং তিংলিবা হন্না হন্না।

ঙসিদি অৱোইবদা লৈৱরে ঙাকপিবা পুম্নমক্না।
ঐনা মৈ থারিবা থৱাইবু মফমদুদা খিকথৰমই খোং-নৌবা ঈরিক
অদুবু মদুনা হেন্না লুই
পোকখায়বদগী *বাস্টিল লীশিং চাম
মতমদুদা
মহাক্ল লাক্লবা
লালহৌবগী খোল্লাও লাওরদুনা,
নহাক চেক্লোকউ কনবীবা মপু উন্নবা
ঐনা চিংথোকনি ঐগী থৱাই
চাওরবা, ঈহিংলবা অমসুং মৈ হৌরবা
নংগীদমক্ত ফীরাল অমা ওইনা হাইগৎকদবা ৱাংনা।

৩

অোহ করিগীনো,
হৱাও মুংঙাইনা মোমোন নোকপগী মরক্ত
খুদুম শীংজল্লরিবা, অস্নুক লুদ ভমথীনা ?
অঙাওবগী ৱাখলনা
ম্নৈরে ঐঙোন্দা,
নিংবা কায়বা অমসুং হঙ্গোইবনা মীংভাঙহন্দুনা।
মখোয়না চোংলি
খোঙখাদা ময়া কাদুনা,

Bastille ; An old fortress and state prison in Paris demolised in July in 1789.

অকিবগী মীহুলনা য়ৈয়হুনা
মীকুপ্ত জহাজ অমগী অয়োইবা নকশিল্লরুবা।

অম্নুম্না ভাওরে বারল্যাক. নাম্ভোকমথিবদা
অহোবা মরক্ত মহাকী মমিংকী অকিবনা শেগায়রবা।

পীনা থুমহৎলবা মহাক্কী মীংপান্দগী ;
শিন্থরি পাখৎপগী ঈরি,
রানা হৌগৎলমই মহাক্না
য়াংলেনশরু ভিংথোক্ল
থাজদনা থোং-নৌরবা অম্নুম্না মশা ফবা মীশক অমনা
ঙক্লা লাওরক্লমই
" ফজৈ !"
মতু ফজৈ নংগী থরাইনা

য়েংশিল্লক্লদবদগী

শেৎচনবা মতমদা নাপুগী ফীজোল মীৎশিংদগী ভাকথোক্নুনা
মতুস্থু ফজৈ লংশিনবা মতমদা কাঁসি শগাইগী মায়াদা
" ড্রিঙ্ক ভান হুটেনস ককোরা !"

---

Drink van Hnten's cocoa : The day's newspaper carried stories about a convict sentenced to death who agreed shout out these words during his execution, the firm having promised io provide for his family.

অহুগুম্বা খেকথরবা মীকুপ,
মৈদগী হেন্না লংলবা .
শিন্নরিদে ঐনা করিগম্নু,
শিন্নরোই করিগীগম্নু শিন্নরোই ....।

ভোইগুম্বস্নুং মফমসিদা, য়ুগী গ্লাস অমগুম,
চুরুপকী মৈখু মরক্তু
ইম্ফোরকলমই সেভরিয়ানিনগী য়ুনা চোৎলবা মায়খোং।

নংগী করি নথৌনা লৈতুনা পুৃরিবা কবিগী মিংথোল
খোংলিবা শেন্দাংগুম ইতন তন্না ?
ঙসিদি অমুবা জগ অমগুম, চৎলু নহাকৃ
থুগায়হনা পৎ-পুন্নবা কোক পুন্নমক পৃথ্বীগী।

নহাক,
অপনবা পীরে চিংনবমক্তনা
অশেকপা খোঙগা জগোই শাগন্ত্র শারোইদ্র,
য়েংঙু করম্না ঐনা
নুংঙাইজবা ইতোমত,
ঐ, অখাকপা লৈত্তবা ঙাওচৎনরবা
নুংঙাইজরি ময়াই কানা

নঙোন্দগী, নুংঙাইজরিবা শৈরেংদা নুংশিলৈখাং-চারবা,
নঙোন্দগী, শিম্নরক্লিবা পীরাংশিং হেক হৌবদগী মতমনা
লোঁথোকনি ঐনা,

মীংকীগ্লাস অমগীদমক নপশল্লদুনা মুমিংপু
ঐগী মিংতা লাওনা পাংথোকলিবা।

অশুম্ন শেংচিল্লগা ভাপ্পা শাবা ওমদবমথৈ;
চংকনি ঐনা পৃথীবী থুংনা পুক্লিং তুজুংহন্নবা অমসুং ওমহংনবা,
হুইনাও অমগুম চিংলদুনা নেপোলিয়নবু
থোরীনা পুন্দুনা মাংদা।
মুপী অমগুম পৃথীবী পুম্বনা ভুরগনি ঐগী খোঙদা
মহাকী ওমহংপশিং কেং কেং চিংগনি য়ানিংনা।
অশিবশিং হিংগংলকনি
অদুগা "মুংশিবী, খোইথুম্নরবী!"
ঙাংগনি পাখংনা ভনিক তনিক চিনবালনা মখোয়গী।
ভস্থনমক লৈচিলশিং
পিক্লবা লৈচিল ফাওবনা পিশক
হৌরকনি ফেরে হাইবা থাপ্রদা হেক মীংনা উবা ঙম্বমথৈ,
থোরকফম খিরদুনা অঙৌবা শিনমীশিংগুম
অশাউবগীদমক খিংলবই মখোয়না অতিয়াবু।
নোংখাকপ ঙাওরদুনা কাখংখরে লৈচিল অমদগী
হোল্লে শর ফুইনা ফুইনা, অদুগা
শুক্তোক্লমই মীকুপ অম মায়থোং অতিয়াগী
শুক্তোকপগুম অকিবগী মশক ফংনা য়োংকী মী * বিসমার্কনা।

* Bismarck : The man who fought for German Unification. e. g. Sardar Patel was known as "Bismarck of India."

কনাগুম্বা অম
থুৱমই লৈচিলগী নীঙিদা
মখুৎ তিংথোক্লকুমা কোফি য়োনফমদা,
মতমকুমক্তদা
খোংনা নৌনা
অমম্বুং তমথীনা লাওথোক্লবা রায় অমগুম মীয়ামদা।
*( auto-da-fe )
নহাক্ল খল্লি কোয়োইনবনরা মহু,
মমাগীগুম ভনিক ভনিকইবা খোল্লেল,
পোপ পোপ থারিবা খজাইদা কোফি য়োনফমগী ?
নত্তে অমফাওবা !
লালহৌবশিংবু নমথনবা অমুক হেন্ন
চংশিল্লি * জেনেরেল গালিফেট ।
য়ু-শঙদা চংলিবশিং নখুৎ শংভোকই কুরিখাউদগী।
পায়ু বোম, মুঙহুম, ছুরি নত্রগা অম অম,
থেংজল্লিবশিং নখোয় পুম্নমক কক্লাংদা হন্ন হন্না
পাম্বোম পাক্সবা, খুবাং য়াওদ্রবা।

---

1. Auto-da.fe : The public declaration of judgment passed on heretics in Spain and Photugal by Inguisition. [ esp. publio burning of the Victims ]
2. General Gallifet : Sponsor of masscres concluding the existence of the Paris commune of 1871.

লাকও নখোয় কিগল্লবশিং,
চরা হেল্লবশিং,
তুমাং ঈরৗনরবশিং,
নাই চারবা, অকিবদা হয়িংনা তোংবগী !

নিংথৌকাবশিং, য়ুমশকৈশা অমস্তুং লৈবাকপোকপশিং
চুংতিগী নুমিৎ শং ওইনা মচু শংথ্রসনু ঐখোয়গী ঈনা।

নিংশিংলসনু পৃথীবীনা
নমত্থনা লৈথা তাহল্লিংলিবা মহাকপু, (She)
প‍ৃথীনা
নোযথৎলবা মতুশিং অমস্তুং মকুস্বীশিংগুম
রোথচাইলডনা লুহোংবদা অমস্তুং পাদোংনবদা।

লাকউ, থাউ'মগী পোস্টশিং, হাইগৎলু মখোয়বু রাংনা
ঈরুপ্লবা হকচাংশিং দুকান্দারশিংগী,
ঐখোয়গী ফিরালশিং মশা খপ্লবা মৈরিগুম মৈগী
চুতিগী নুমিংশিংগুম চাননা মতিকু চারবা।

নিজরত্থনা থৌজাল
রাশকু লাইশোলগা মথল খুদীমংকী
মখোয়না ফারি খৎনবা ছুরি অমস্তুং খুজিলগা।
থক থক নিকস্রে নুমিৎ তাবনা

* মার্সেলাজগুম্না ঙাংশং ঙাংনা
ছুটি লৌরতুনা পুক্সিগী।
মতু চাওরে চপ চানা।
শুম্ব নন্তনা থোক্কে করিস্থ।
লাক্লগনি অহীং
চীকখায়ররগনি মতুবু
য়োংশল্লরগনি।
য়েংঙু - অমুক হন্না মর্গনা: সুংচাইজরি
থন্নানমিচাক খুবামগা, *জুদাজগুম লৌনম তৌনা।
মতুনা লাকলে
* মমাইগী উৎসবকুম্ন, তৌররে উৎসব ফন্তবা (মী) কাওবনা
ফমলতুনা সহরদা অচৌবা মনমগা।

---

* Marseillaise : The French revolutionary hymn composed by Rouget de lisle in 1792, sung by the volunteers of Marseilles as they entered Paris, 30th, July and when they marched to the storming of the Tuileries.

* Judas: A traitor who betrayed Jesus Christ. (Mark 3:19)

* Mamai: "feasts of Mamai" Allusion to a Tatar custom by which victors feasted sitting on planks laid on the corpses of the defeated. Actually its was not Khan Mamai of - Golden Horde, but the commanders of Genghiz Khan who did so after the battle on the river Kalka (13th Century)

হুমিদাং অহু— মহাক্কী কাংবুগী মুঙক্ মুরবা,
* অজেফতগী হেন্ন' মুন্নবা,
লৈখিদে মীং অমা ফাওবা লৈশিনবা ঙস্বা মহুবু।
ন্নানা লৈরি ঐনা কাচিন্দা সেলুন অমগী.
হৈজিল্লি যু ঐগী থন্নায়দা, টেবল ফীদাগী মথক্ত, পুম্নমক্কী মথক্ত
মতমহুদা অন্নাপ্পা ন্নাংমদগী, থাজগুম কোয়রক্ কোয়বা,
* মদোন্নাগী মিংশিংনা চাই ঐগী থন্নাই'সুংদা।
কন্নিগী শিন্নাপনো হঙ্গোইনভাই ওইবা, য়ুথকপা শল্লুপ
উংচনিংবগী মমি তা'ন্নবা নহাক্কী লুদ্রবা ন্নাখল ?
উবা ঙমদ্রা নহাক্লা —
অমুক হম্না
বারবাসনা পামলে
তিন-শিংচিন্না কালভরিয়ান্দ ঐখোম্নগী হবুংঙো থৌজাল হৈন্নব ?
ওইহল্লস্বা য়াই অস্তুমনা—
মীওইবগী মকোন্দ —
ম'য়থোংদদি অনৌবা ওইদবা ঐহাক ময়াম্নদগী
অহুম ওইনমক, মনুংদা নহাক্কী নচানুপা পুম্নমক্কী
ওইবা য়াই ঐ
থ্বাইদগী ধর্ম্মচেল্লবা, ফজন্নবা।

* Azef : An agent - provocateur in the pay of secret tsarist Police.
* Madonna ; The virgin Mary esp. as seen in works of art.

পীয়ু মখোয়দা,
মাংলিবা সংসারিকী মুংঙাইবদা,
মশুম. য়াম্না থুনা শিবগী
অহু ওইরবদি মখোয়গী অঙাংশিং
মুপামচাশিং, মুশীমচাশিং
ফৌরক্কনি, পোক্লক্কনি, চাওরক্কনি,
মগুন ফাওবা মপাগী
অচৌবা শন্নাংনরবা জ্ঞান ফাওবা ঋষিশিংগী
অহুগা চৎলু খৃষ্টিয়ানগী মরুগা
মমিংগা লোয়ননা ফংলিবা ঐগী লমাইশিংদা।

ঐ, ইংলেণ্ড অমম্ভুং মাগী শক্তিশিংবু থাগৎলিবা,
ওইবা য়াই ঐ ভরাহুমদোইগুবা *এপোষ্টল অম ইচম চম্বা
খুবম লৌহুনা এপোষ্টলশিং অমম্ভুং অথোইবা হুতশিংগী
হিংহল্লিবা মহুনা পাওজেলশিং অশেংবা ধর্ম্মগী।

ঐগী খোজেলনা
লুজদনা ঙংহুনা, ঙাংহুনা চোইঙাং
চৎপা মতমদা অহিং মুংথিল

---

* Apostle : One of the twelve men chosen by Jesus to spread His teachings.

* Thirteenth Apostle : The thirteenth man of a new faith and movement. Cloud in pants was first named as Thirteenth Apostle.

নম্বা য়াই: মনম যীশুখ্রিষ্ট মশামক্কা শাংকায়বগী
ঐগী থরাই লৈরাং পাম্বীনা।

8

মারিয়া! মারিয়া! মারিয়া!
লৈহল্লু ঐবু মন্নুংদা, মারিয়া!
থম্বীগন্নু ঐবু মপান লম্বীদা।
থম্বীগল্লনে ?
ঙাইরিবসি ঐনা চপশিন্ত্রিবকাওবা চাইরুং;
ঙংদ্রিব ফাওবা মী খুদীংমক্কা মহাক্ত,
চংলিবরা ঐনা অরেম্বা ওইনবা ?—
লাক্লিবফাওবা ঐনা, ঙংলন্ত্রিবফাওবা হিগংস্থুনা য়া য়াওদনা
মথুদি
" ওইরবরা ঐ
শেংলবা তোপ তোপললবা মহৌশাগী ?"
মারিযা,
য়েংবীযু —
ওইরে ঐ চাননমকু নমপোনবা।
মফম পুম্নমক্তা
সহরগী,
চরোং য়াল্লি
চাকখাউশিংদা ক্লেটকী মখোল মরি রাংবা

লীংথোরকনি মীশিংগী মীৎশিং ফাওনা শাদোংশিং মখোয়গী
মীৎশিং লংলাতমক ঙাইরবা
শেংলকপদা চহি নিফু চুপনা
হাইফেৎ নোক্লবা অমম্বুং য়েংনবা রাখলদা লৈখা তাম্রবা
মতুদি " অমুকম্ব হন্না শায়রি শায়গুপ মহাক্লা শগোল অমোমগুম
মপাক্সল শোক্ষরবা
ঙরাংগী তনৌবা কনশিল্লবা চক্লদা।"

মফম পুম্নমক্ত খোংলম্বীগী চুথরি নোংনা,
লৈখোম লৈনাং ইতৈ ঙৈনা ফত্তবা মী অমা য়ুমলিংদবা
ফুরি লম্বীদা, ইচোং চোংনা হাংনবা মুঙনা থাহনা,
য়েংঙু —
উন্না য়াম্থরিবা মরী মরী মহাকী পাশিংদা,
পীরাংনা মমিংতগী,
হৈদোরকলি অমুক'মুক শিন্না মায়থোং পুম্বা —
মমিংতগী হম্বনা য়েংলিবা পীরাংগী নালা!

খোঙলম্বী ধুদীংমক্ত তারি নোংগী ঈরিক্ল,
মন্নুংদদি গাড়ীশিংগী
এথেলেটতগী নোয়রবা এথেলেট ইরংলংনা
শিম্বরকলি, মশা চাওথংনা অসূকী মতিক অমম্বুং নান্না
তিনশিন্নরহনা অরংবা মচিংকা
চেম্বোয়কলি অনোয়বনা চেকথায়বদগী।

চেম্বুরি তুরেল মচা ওইনা লৈখোমগী মচুনা
লোয়ননা য়াম অথিৎপা অমস্তুং য়েনশাংগা * (Saurkrant)
নিংথিজনা শায়গায়রবা চৌঙাক্কুম তোংশন্নচুনা
চেখোরকলি অওবগুম চৌনজাক মচেৎ মচেৎ।
মারিয়া!
*করম্বা হুয়্রিবনো অইংবা বাহৈ মখোয়গী মোংলবা নাদা?
চেক্রাশিংনা হায়জরি হিংননবা
ঈশৈ শক্কুনা
খোম্থাং য়ৈনা।
অতুগনে, মারিয়া, মী অমনি ঐ,
মী অমনি — নারবা অহিংনা ওখোরকুপা
প্রেজনিয়াগী মোংলবা খুবাক্ত।
মারিয়া, অসিগুম্বা জীবসিগী মনাক্ত লৈগত্ত্রনে নহাক?
চংহল্লু ঐবু মন্নুংদা, মারিয়া
নত্ত্রবদি, শাওরবা খুৎশাশিংনা ঐগী
নমথায়গনি খোঙগী বেল, নবশিন্দুনা মচুবু।
ষ্ট্রিটকী মন পুনকমন ওইরকলে শক্তম শাগী।
শিবা য়াবা খুৎপান্নবা মথোং খংদবগী পায়শল্লকলে ঐবু চেৎম।
হাংদোকউ!
চৈনা পীরে মসিনা ঐবু!

* Saurkrant: a German dish of Cabbage allowed to ferment with salt.

য়েংঙু — চপ চপ য়ুংশি ঐগী মীৎতা
মীৎ তাংহল্লগে মতাঙম মুপীগী শমফাবীনা।
হা! মহাক্না হাংদোকলে থোঙ।
মুংশিরবী কিগনু
ফমউ ঐগী চাওরবা ঙকুশমদা
হুমাংমন্না চকমুরিবী মুপী চীংজাও অমদা অচোৎপা ফীজোম্নহুনা
ওইদ্রিবফাওবা ঐন তেকথরবা অম, চিংগনি পোৎলুম অম ঐনাঃ
অচৌবা মুংশিনবা মিলিয়নশিং,
অশেংবা হায়বদো য়াওব্রবা মরিক অম,
মুংশিনবা মচা মিলিয়নশিং, পীক্লবা অমস্সুং মোৎলবা।
মুংশিরবী, কীগনু কৈদৌমুংদা
লৈরবদি পুকচেল শেংদবগী রাখল
চোংশিনগনি ঐনা শকহেনবী লীশিংগী মায়থোংদা হন্না।
মায়াকোভস্কীগী খোইথুম্নরবীশিং —
কন্নিগী ওইরিবনো মখোয়না জাতি অমগী
মহারানীশিং পান্নবা অঙাওবা থম্মোইগী সিংহাসনদ ফমহুনা।
মারিয়া! নকশল্লকউ!
ইকাইদ মালংফীশেৎননা
নক্রগা তনিক কিজনা,
পীব্রু নহাকী চিনবান লৈমন চন্দ্রবা মুংশিবগী।
ঐ অমস্সুং ঐগী থম্মোইনা উখিদ্রি কৈদৌমুং হয়াউ-তম্নাম্বা মেগী
নত্তনা এপ্রিলগী মপুং ফাদ্রবা মঙং মাংবা নাইবা।

মারিয়া !
কবি অমনা * টাইয়নাদা শকথি সোনেটশিংগী ঈশৈ
মতমত্তুদা ঐ
অমম্ভুং মীওইবা পুম্নমক্তি
শাদোং ওইখি লম্বী পুম্নমক্ত,
হকচাংগীদমক হায়জত্তুনা
খ্রিষ্টিয়ানশিংনা হায়জবগুম * ম্যান্না‌গীদমক্ :
" ইবুংঙো, পীবীয়ু ঐখোয়দা
ঙসি
ঐখোয়গী মুংতিগী চিনজাক !"

মারিয়া, পীয়ু !
মারিয়া !
কিরবা নংগী মীংলেম্নি লৈখিগদবা ঐগী রাখল রাংমদা
কিজে কবি অম ওইনা
কাউথোকুখিগনি হায়না রাহৈ খর
হৌজিক্ত ফংজবা, লৈমন চন্দ্রিবা নত্রগা লৈচু মাংদ্রিবা,
ঈশ্বরগী মঙাল শক্তি মাম্নোক্রিবা মচুগী মঙালশক্তিনা।

---

* Tiana : One poet sings sonnets to Tiana ···· ··· allusion to I/Severyanin's poem Tiana.

* Manna : food provided by God for Israelites during their forty years in the desert. [ Exodes 16 ] in about 1300 B. C.

মারিয়া !
নহাক্কী হকচাং
হুংশিগনি ঐনা শেন্নগনি
লম্বী অদুদা সিফাই অমনা,
লানফমদা মহাক্কী মখোঙ মাংহল্লবা ;
'অমুক হন্না লাল তৌরগনু !' হায়বগুম।
ভোরোইকো ?
পামলোইকো নহাক্ক ?
হা !
মসিনা থংহল্লে অমুকন্থু হন্না লৌখৎলগনি ঐগী থম্মোই
অদুগা পুগনি, পীরাং য়োমদুনা, ইভোমত হন্না,
জুই অমগুম
খুবাং পুদুনা চৎলিবা
রেলগাড়ী অমনা তকথায়রবা।
ঐনা শেংদোক্লি লম্বীবু অশেংবা ঈগী ঈশিং চাইদুনা ঐগী।
লৈরাংশিংনা চুপলি লম্বী নাকনগী, ফীজোন্দা ঐগী মোৎলবা।
লীশিং অমরকু, - হেরাডকী মচানুপী নুমিৎনা,
শাগনি জগোই, — ব্যপটীষ্টকী কোক — য়োবকী অকোয়বদা।

---

*Herod : the king who tried to kill Jesu Christ when Christ was an infant.

* Herods daughter : Poet's imagination for a hostile daughter.

জগোই শাবগী লোইশিন্নকপা মতমদা
পীথোকপ্রে ঐগী পুন্সিগী চহিশিং,
শম্দোক্লমহুনা মরী অম ঈরিকশিং মিলিয়ন কয়াগী
থমলমগনি ঐনা, যুমদা ঐগী ইশাগী।
থোকলকনি ঐহাক ঐগী মোংকমদগী
ইমোং মোংন কোমদা অহীং নেল্লুবগী,
নোম্বহুনা হায়গনি
ইকু - কুশিন্না কীজোলঃ
তাও, মিষ্টর লোড'!
কাওব্রনে নহাকপু তনথবা
থোংলবা মিংনা নুমিৎ খুদিংগী
লূপশন্দুনা লৈবা লৈচিন্তদা?
করি খংই নহাক্তা —
লীংখৎকনি ঐথোয়না চৌকি ফম্বী কুম্বৈ অম
জ্ঞানগী উপালথক্ত পাপ অমসুং পুন্যগী!
'মফম পুম্নমক্ত লৈবা.' থলহনগনি নহাক্তা, অলগী পাত্র পুম্নমক
অসিগুম্বা য়ু থম্বগনি ঐথোয়না টেবল মথক্ত
সেন্ট: পিটরনা থনগন্নি জগোই শানবা কি কা-পু
শ্বর ফুইনা হোন্দুনা মহাক্ত হেক ওমলিবমথৈ।
ঐথো'য়না থলহনগনি স্বর্গ অমুক হন্না ইভনা;
হায়গন্নি রাহৈ অসি, অহীংহুমক্তদা
পুরকনি ঐনা লৈশাবীশিং খ্বাইদগী ফজরবা নহাক্ত হক উবদগী

টভ্রস'কোইগী মল্লবা লানবলশিংদগী — ফয়েকো ?
য়াদবরা ?
হাইরি ঙৌর-খোইর শমলাংনে নহাকী কোথক,
চৈবগীরা ঐঙোন্দা মথক্তগী ?
অপিকৃপা মশাগা লৈরিবা মীহুনা নহাকী তুংদা
নহাক্ল খনত্রা থংই হায়তুনা মুংশিবগী মরমদা লোইনবা ?
ঐহাক ওই তুত অমস্থ; মমাংদা তৌবগুম্না,
মুনা য়েংলি য়াঁওনাও অমগুম লানজত্রবা।
তৌইগুম, পীরয়োই খুদোল মখা ভাথনা
সেভ্রস'কী লৈতেংগী পাত্র থাজত্রবীশিংদা ;
ঈশ্বর, পুখোকপীরি নংনা খুং জুরা অম,
শেম্বীরি কোক অম অপংবদা পানগদবা,
অতুগা করিগীনো ঐখোয়বু চুপ্পহল্লিবা অহিং মুংথিল্ লেপ্পনা
য়াওহন্দনা অরাবা অমফাওবা ?
পুমঙম ঙমত্রনে-নহাকপু ? য়েল্লিবরা নহাক্লা পুক্সি অমস্থং অশিবা
নহাক্তি করিগু থংদবা অমনি, তমথিবা মচা অমনি।
য়েংঙু — নোম্বতুনা ঐহাক
শন্তোক্লে মুচিগী থাং
থুরাই মমুংদগী ঐগী বুটকী
নিকসনু নহাকী তুকাংশিংনা সেক্ট ভিটসকী জগোইদা,

Sevres: name of a place near Paris where vases are made.

স্বর্গদা কুম্লিবা,
ৱাশকইবা,
মশা খপ্‌লিবা মীকন্তশিং !
ককথংকনি নখোয় পুম্নমক, মুংশিবগী মনম থাদোক্লুনা, নমখিবা মকমসিদগী অলাসকা কাওবা !
চংহন্নু ঐবু !
লেপহন্নোই নংনা ঐবু।
লাম্লবস্নু. চুম্নবস্নু ঐনা
ঙমলোই ভপথহনবা, ঙমলোই, খনগনু ঐনা অহুম্না ভৌগনি হায়না
য়েংঙু
মকোক ককথংগ্রে থৱানমিচাকশিং হুম্না,
অতিয়া -
ঙাংশং ঙাংগ্রে মীহাৎপগী ঈনা !
হে স্বর্গ,
ঐহাক লাক্লি
ভাদবরা নহাক ?
লোথোকউ টুপী নহাকী,
নভ্রগা
লৈয়ু ভুমিন !
বিশ্বতাইবঙনা
ভুমলি কুন্দুনা,

চাওরবা নাদা মহাক্কী, নম্রহুনা
থবানমিচাক্কী মঙালনা তকুপ তকুপ।
১৯১৪-১৯১৫

---

Cloud in Pants : In manuscript, Cloud in Pants had a different title — Thirteenth Apostle, which was at once pathetic and ironical elevating the image of the poet himself as an apostle of revolution. Later Mayakovsky summed up the essence of this piece in four slogans: "Down with your love !,' 'Down with your arts !' 'Down with your system !,' 'Down with your religion ! are the four cries voiced in the four parts.

# মাসি

মহাক অমস্মুং ঐগীদমক্

মাসিগী মরমদা করি
শুর অসিদা:
          লনাই অমস্মুং মীয়াম অনিমক্তা,
শকপ্রবা হন্না হন্না
          মমাংদা
ঐনা ইক্রিইঙ
          মচা অমগুম শৈরেংগী নাচোম
অত্থুগা হৌজিক
          পামজৈ ইবা অমুক হন্না।

শুর অসি
          মরোল থোকই ঙসিদি
                    বৌদ্ধ অমগী লাইশোন্দা,
নেগ্রো অমনা মবুংঙোবু য়েংথিবা
          ফেংহল্লি মহাক্কী থাঙ।
মাঙ্গল গ্রহদা,
          নৈরবদি কনাগুম্বা মীগী থবাই পানবা,
মহাকন্থু
          খোংকনি শোয়দনা
                    মহাকী কলম্না পুক্সিচুপ্পা।

শুর অসি লাকনি
জীব অমদা হকচাং য়াওস্রবা শোল্লবা,
শুপকংকনি মরেংবান
চীকনি পেন্সিল অম মন্নাদা,
লূকথগনি মায়থোং নোটবুক্তা
অদুগা য়াথংগনিঃ
" ইয়ু !"
পাইখৎকনি মহাক্লা
পৃথিসিবু থম্লমহুনা মখাদা।
শুর অমনি মাসি লাক্কদবা,
মনিংথোঙ থিল্লহুনা,
মঙক লীংশিল্লমলগা,
মাংখিগনি অমুক ভুত প্রেতকুম,
অহুদগী অচৌবদা, মচাদা
চৎকনি নংগী য়াখলনা মথোং - খংদ
ঈরাক্লগনি নংমা ঈথক মচা মচাদ রাহৈ সাগরগী।
শুর অমনি মাসি লাকদবা,
অমদি ভাল্লগদবাঃ
" অচুম্ববু !"
শুর অমনি মাসি লাকদবা
অমস্লুং য়াথংলগদবা
" ফজববু !"

অহুগা,
পাং ভিংলবস্থ ক্রোসতা
নহাক্কা কাওই নহাকী অরাবা,
গুরদা *ৱালটস জগোইগী
মক্ৰগা করিগুম্বা অমদা
পুক্নীং চংদনা থোংলিবা।
গুর অহুনা
শোকসমু অহানবা ময়েক্ত
মহুনা ওল্লকপদা—
পোংশক অম
নাখৈশেংলবা
পংলবা কোক্নীদমক খ্বাইদগী হেন্না—
এ'না ওইরকই
মেরুগুম্বা থাপলবা
অহুদগী বুদ্ধি মাংলকই—
নহাকনা কাওই তুম্বা-চাবা।
গুর অমনি মাসি লাকইবা
অমম্বুং লৈত্তবা অহল ওইবা,
চংখিদবা মীৎয়েংগী ৱাংমদা,
অস্থুমনা হায়দনা ৱাহৈ অমফাওবা
ওইরকই নহাক্কা ফীরাল পায়বা মী
পায়নবা

* Walts : মী অনি কোয়রগা শাবা জগোই অরৈবী।

শিল্ককী অঙাংবা মৈরি
　　　　ৱাংনা হাইগংনবা পৃথীবীগীমথক্তা।
শুর অমনি মাসি লীৱবা অমত্তুং হৈশিংলবা
　　　　থোঁদোক্কী ভুরেন্দা ঈক্লপাইবা;
হোংনরিবা চোংনবা,
　　　　লোংলিবা পুক্লিং ঈহুলগী মরক্তা,
অতুগা "কাওরিবনো করি নথোঁনানা নংগী?"
　　　　　　　শাওগংলহুনা,
তনিকই ঐখোয়গী থৱাইশিং
　　　　　　　ঐখোয়গী লোংকমদ।
ঙংলবা দাবী অমগাঃ
　　　　　　　হায় "খুংশিন্নৌ খুর্ম্জা!"
শুর অহুনা
　　　　　　　ঐগী খোঙদা
নোংম লাকখি খিল্লহুনা,
লম্লালহুনা ৱাহৈ
　　　　ৱাখলদা ঐগী লৈকংলা ওইরবা,
অতুগা, শাওগংলম্মই
　　　　মচেৎ মচেৎ থুগায়রহুনা মরিশিং, লোয়নবশিংবু।
শুর অহুনা লাকখি,
　　　　থাপতোকহল্লগ পুম্নমকপু,
মতোমতমকনা

লৌরমই
খ্বাইদগী হেল্লবা শক্তম মচেৎ তাত্রব ।
পায়শল্লমই ঐবু, শুর অহুনা,
ছুরানবা অমগুম
খৌরি চরমদা,
য়োংশুবা অমগুম
মৈথরমই মহুনা
থবাই হকচাং অনিমক্তগী।
শুর অহুনা
মমহল্লহুনা মুমিংশিংবু
থৌদারমই : " য়ৈথো নংগী কবিতানা
অমম্বগী জগংতা,
মথাদা
মথক্ত !"
শুর অহুগী মমিংদি,
পুমহেল হেল্লবা, পুমথোই থোইরবাঃ
... ... ... ... !

০০০০

# ভ্লডিমির ইলিচ লেনিন

কখোংচরি ঐনা
শৈরেং অসি
রুসিয়ান কম্যুনিষ্ট পার্টিদা
মতম ওইরে।
ঐনা হোরে
লেনিনগী ৱারী।
নত্তে
মরম্না ৱা:বা
মগাল শিথবগী,
মরম্নি
অহানবা মীকুপ্পুগী অৱাবনা
লাকখিবা
তশেং তশেংনা
ল্যুম্না চৈনা পীরবা খংত্রেক খংনা।
চৎখি
মতম য়াংনা
শন্দোক্লুনা লেনিনগী শ্লোগানশিং নহাকী ৱাখল্দা।
ঐখোয়গী নত্তে
পীরাং পীরাক্লগদবা
থৌদোকসিগীনি থোক্লিবা।

লৈত্রে কনা'মতা
অহিংবা
লেনিন নত্তনা পৃথ্বীসিদা,
ঐখোয়গী পাঙ্গল
ঐখোয়গী লৌশিং
ঐখোয়গী ব্রহ্মাস্ত্র ওইরিবা
মীয়াম্না হোল্লে
হীরেল
লৈকংদা!
খুদোং থীরবা মতমদা
পুন্সিনা
পোং খুদীংমক
মচেং মতাগী
অফবগী ফত্তবগী
য়েশিন্দুনা লৈগনি লোইনমক
নাকন্দা ঐখোয়গী হৈ-শিংবগী।
মতুদগী,
কায়রভুনা মচেং মচেং
কোঙ্গোল'রক্ত অঙাওবা নোংলৈগী,
কনানা কমই
মুংশাদা
ভাইত্বাক

শেংদোকই
কারুপা
হুমাং
নপ-নপ লাওবা
জেলি কৌবা ভাগী
মশাগুম।
ঐনা চংঙৈ লেনিন্দা
শেংদোকচনবা ইশাবু
হোয়নবা
হীরেল বিয়পকী।
কীজৈ ঐহাক্না
শৈরোলশিং মীবু থাগৎপগী
রাহে পরেং খুদীংমক অমমম
মুপামচা অমগুম
কীজরিবা অরানবা অমদি ওইমববু।
মখোয়না রেৎশিনবীগনি রাখল অম
কোক খুদিং থুংনা
রাখল অহুমক —
হঙ্গোইজৈ ঐহাক্না
মহুদি, অসিগুম্বা মঙাল-লক্কা
কবিতাগী পোকচবা
লোংখিগনি

লেনিনগী অশেংবা,
চাউরবা,
মীওইবগী লুচিং কোকলেন।
ঐহাক কীদৈ ধর্ম্মকর্ম্ম,
সমাধি মন্দিরশিং
শোভাযাত্রাশিং
অমৃতগী মনম চেল্লবা
সম্মান পীবগী, মীয়াম খংহনবগী
ময়েক শেংহল্লোই
মমহনগনি
লেনিনগী তং ওইবা
পূকচেল ভিংবগী মতৌ।
তনিক তনিকই ঐহাক
নিকপগুম্মা
ঐহাকী মীংনহানা
মকহনগজ্রা। হায়রুনা
লেনিনবু
ফজবনা মপাঙ্খোংগী।
ইযু!
ইনশিল্লকই থঙ্খোইনা ঐগী
শক্তি পীরুনা
অথোইবা য়াথংনা
ইথৌ পাংথোকপগী

০০০

মোস্কো পুম্নমক
ফমজল্লে তূফক তূফাই চম অরাবনা
থম্মোই ঈহুমা নীক্লে পৃথ্বী।
চিংশিল্লবদা ইংবনা
চেনশিল্লি মীনা
মৈনাক্ত।
কনানো মহাকপু ?
কদায়দগী লাকপনো ?
করিগীনো লাংলিবসিনা ?
করিগীনো অম্নম্বা সণ্ণানসে
লৈখিদবদা মীওই অমখক্তনা ?
লোথোক্তনা রাহৈ মথং-মথং
নিংশিংবা কৌবা মুক্তা চফুদগী
ঙমজদে ঐহাক্ত চানৈ খনজবা
পাঠক, নহাক্তম্ভু পাবীরিবা !
অহুম ওইনমক্, করিনো মতিক চাদবসিবু
রাহৈ চফুনা পীরিবা !
ফংগদগে কদাইদগী
রাহৈহুমক ঐখোয়না পামজরিবা ?
কোরৌ শীংবুম
ভরৈৎ লেনথ্রে;
পুংজা তরানিথোই
রাহৈগী শীজিন্নফম থিবদা।

হৌরকই পুন্সি
লোইখি পুন্সি।

অশিবনা ভৌবীদে কদৌম্বুং
ঙাকৃপিবা হায়বদো।

ভৌইঙম,
মসিদি নত্রে
পুংজাগী থবকু,

করিগুম্বা পাঞ্জিকানা ওনবদা
ঙমত্রষদি য়ৌবা,

" যুগ "
হায়নৈদো ঐখোয়না
মহৌশা,

" অব্দ "
নত্রগা কৈনো'ম
মথলহুগী।

পোথাই
ঐখোয়না
চুমিদাংদা,

থবক চিল্লুরগা
অয়ুক স্থুংথিলদা,

অমমমনা ভকুথায় মহাকী পুন্সিবু
নুদা ভৌজবা মশাগী চকু'স্থুংদা

অম্নুমা ভই
চোইজাইনখিবা পুন্সিনা।

তৌইগুম,

কনাগুম্বা ভাইবঙ অমথঙনা,

গুম্নবদি

মতমগী ঈথকুপু ওঙ্খোকপা

কায়নবা তাইবঙ পুম্নমক্কী

ঐখোয়না কৌই

মহাকুপু অম্মুয়া

" মী'খোইবা, "

" লাইপোক "

নত্রগা " লাইগী চুঙ।"

ঐখোয়দি

আশা ভৌদে অহক্ক পুন্নিগী

লেংদে খোঙকম অমত্তমু

দরকার ওইত্রবদি।

পেলহনবনা

সহৰ্ম্মীবু

ওইনৈ অখোইবা

ঐখোয়না পামজবা।

তৌইগুম,

মুঙহুম ওইতুনা

থব্বাই-হকচাং মম্মুংসে

কনাগুম্বা 'মনা
মান্নদনা ঐখোয়গা
চংশিল্লি,
ঐখোয়না খংই
অফবা মঙাল অম
নত্রগা অচৌবা পোংশক অম
মান্ননা মীংথক্ক লংলবা।
থাঙ্গংতূনা থমই খাড়াদা
কান্নদ্রবা পোং-চৈশিং
পংবস্থ নত্তবা,
শিংবস্থ ওইদবা
মৈখুদগীস্থ হেন্না ল্যামদবা!
চংলু
অর্থড্র খিষু
অকনবা মকুশিংদা
করিস্থ য়াওদ্রবা য়েক্রমঙুম
মতোংস্থ, মমুংস্থ।
অত্নগা, করম্না পানশিনগদৌরি
লেনিন্দা অসিগুম্বা চৈতেক - চৈরাংসি.
উবয়বদি কনাগুম্বনা
মশামক্কী মমিংনা:

অহুগুম্বা " অক্সদো "

খোঙজংশিংবু শেংদোকৃখিবা

নোম্বা ফাওবা ভৌদনা ;

লিংখিবা জেকেট

চাওবা হেন্দরা

চাংদগী মীয়াম্বা লীংনবা।

ওইগদ্রা লেনিনস্থ,

জাতি অসিনা কৌবা

" লূচিংবা

লাইগী শক্তি য়াওরবা ?"

নৈরমত্রা মহাক্না

নিংথৌগুম নত্রগা লাইগুম ভশেংনমক্

অহু ওইরবদি, থাক্লরোই ঐ ইশামক

রাকংনবা হোংনবদা ;

লাউগনি ঐনা লাও-খোংহুনা

হোলদা অমস্থং লম্বীদা

মীয়াম লক্না,

রা ভাংগনি;

চংকনি শোভাযাত্রা

অমস্থং ভেংথাগনি ।

ঐগী লৈজৈ

রাহৈশিং মতিক চায়রা

খেকথদুনা হুন্থবগী,

মতমদুদা

ঐবু নেংখায়গনি,

ঐ অমম্বং ঐগী খোজেলবু,

মতমদুদা, পোকখায়হনগনি

ক্রেম্লিন

পেন্দ রাকংকা

কম থাদোক্লবা,

হুনজল্লদুনা

ঈশ্বরদা পেন্নবগী রাকং

অতিয়াথক্তা।

তৌইগুম ঙপথরে

কু মনাক্তা

*ডজরঝিন্সকী

উবদা।

---

* Dzerzhinsky : Felix Edmundovich Dzerzhinsky the then Peoples commissar of Internal Affairs, a staunch follower of V. I. Lenin.

ঙসিদি

লাইনা ঙমলে মহাক্না

লোথোকপা

খোঙঙাকপবু।

মীং কোটি কোটিনা

লংত্রে করিঅমত্তা

নত্তনা পীরাক্লবা,

চেম্বুরক্তে খজাইদা

কমজনগ্রে মুংবঙননা।

লাইবকী নোংদম্বনা লৈখিদবদা নহাকী

হৌরক্লোই উফুল মরিক অম মুংঙাইং ঈছলগী।

নত্তে!

ঙসিদি

চাননমকু অরাবনা

থক থক নিকপ্রে থম্মোইসে।

লৈরোল চল্লি ঐথোয়না

মর্ত্তালোকী

থরাই পানবা পুন্নমকু

নোংম লাকখিবা তাইবঙ লীলা শান্নবা

ঙইহৃনা সংসারগী শরুক অম।

পৃথ্বী, অচুম্বনি,

নত্তে পৃথীবীগী অকক্লবা ঙমখৈ লৈবা মথল

য়ে'লোই মহাক্না কৈদৌহ্নুং নকশম্না
অরা-অনাগী রাংমদা মথোয়গী
লৌশিল্লি মহাক্
গ্রহ উপগ্রহ পুম্নমক
রাখন্দ মহাকী,
উই খুদোংমক
য়ৌবা ঙম্নদবা
অচম্বা মীংয়েংনা।
মাম্নরবস্নু নং-ঐগুম্না
কায়াৎ খুদোং হকচাংগী,
তোংবা হেল্লি
মহাকী লাইবক্না
ঙম্বা হেল্লি টারারগুম,
রাখম্না তোরবা উনশাগী কুৎশিনবা
মীংকী অকোয়বদা মহাকী
কুৎথৈ ম্রায়া,
হেম্না চেকশম্না উই চিনবাল,
হেম্না মথোম্না লৈ ঐথোয়দগী।
নত্তে *সত্রাপকী চেকশনবা মত্তৌ
তকথায়গদবা মহুনা ঐথোয়মু;

* Satrap : — Governor of an ancient Persian Province.
Very tyranical person

পায়হুনা খুর্জি চেৎনা,
লালঙম কীয়াল থেৎ চেল্লিবা চাকানা দোলাইগী।
মরুপশিংগী মকমদা
মহাক্না ওই
খৌজালগী মূর্ত্তি
য়েক্লবশিংগী মকমদা
মহাক্না কল্লি
য়োংক পাথক।
লৈ
মহাকীন্ন
নাবা-য়েকপ।
শোম্বা লাম্বংনবা মতমদা
লৈ মাগীস্থ হৈনবী
ঐখোয়দা লৈবগুম মায়না,
পাঠক।
হায়রবদা; মসি *বিলিয়্যাউজ শায়বনি
মীৎয়েংবু মথৌ শংনবা,
মহাকীদি সন্নংনি মসি
য়াম্না কায়রবা
লুচিংবা অমওইবগী।

* Billiards: Game played with hard, heavy balls and long tapering sticks on an oblong.

ওস্মোক্লগা
মায়থোং
সক্লংদগী
ওনশিল্লি য়েক্লবশিংদা অহিংবা,
লোমোক্লবা ওরাংগী বন্দিশিংবু
লমজিংলমই মহাক্না
কাংলুপকী লান্দা
হৌরক্লিবাকাওবা
মীওইবা অমহুনা
শিল্মী কাংলুপকী ডিক্টেটরসিপ
মায়থীবা পীনবা শেঙাও পায়বা
তকথায়নবা জেলগী শারং।
ঐখোয় অমস্তুং মহাক
মাম্নৈ কীদম পান্দম ফংগদবা।
অহুগা করিগীনো মসিদি,
নত্তে মহাকী মরি মত্তা,
তরাম্না ওকদবনি অশিববু ঐন,
হুংঙাইবনা ঙাওহুনা,
হুংঙাইনা মাংখিগনি
অহু ওইরবদি ওমগত্রা মহাক্না চিংশিনবা
থর অমুক্তং ?

নত্তে ঐহাক ইভোমভ।

কনানা হায়রবগে পুন্নমক্তগী ঐনা ফবা হেল্লি ?

কনা'মত্তনা থল্লাই পানবা ঐথোয়গী মরক্ত

ঐনা হায়রি থাজনা,

থনি খুদীংমক্তা

মিল খুদীংমক্তা

নোংপোক লমদমদগী

নোংচুপ লমদম ফাওবা

চিংনগনি

অস্থুয়া হায়বা

লোনা হায়বা ফাওবা ইচম চম্না।

হন্দোকলে ঐ

অনিংবা অমগা লোয়নবা

ম্নামগাড়ীদগী

অচিকুপা মকমদা,

য়ুথকপগুম্না

কোক ঙাওরবা

কনাগুম

ফত্তবা পোৎশক উবদা

কনানবু থনবীগদগে

ঐগী অশোনবা মীশিসে

তেংথারোইশিংগী মরক্ত

ভেংথারিবা
অপান নাইদ
লৈখিদবদা মহাক্না ?

মখোইনা লাকই,
অচৌবা ফিরানগা
অমত্থং ফিরাল য়াওদনা
ওইখ্রবগুম রুসিয়ানা

মীকুপ অম মথুম লৈজদবা জাতি
অমূক হন্না ।

*হাউস অফ ইউনিয়নস
নিকত্রে থক থক শব্দদা মখোয়গী ।

করি ওইবা য়াই মরমত্থ ?
মরমগীনো করি ?
করিগীনো ?

উনগী পীরাংশিং
শিন্থুরি
ফীরালগী অঙাংবা মীৎলুদগী ।

টেলিগ্রামশিং চৎত্রে মফম থংদ মরোলগা
ঙংহনা ভেংথা-নাওইগী পাওজেলগা ।

* House of Unions: Historical public building in the centre of Moscow where Lenin lay in state in Jan. 1924.

কনানো মহাকপু ?

লাকপনো কদায়দগী ?

করি তৌগ্রে মহাকনা,

মীওইবা ঐখোয় পুম্নমক্তগী

মী অসিনা

ওইরবরা খাইদগী হেনবা মীওইব ?



*উল্যায়ানোভগী তেল্লবা পুন্সি

থংনৈ নিংথীজনা

মী খুদীংমক্না

নৈবাক পুম্নমক্কী,

কাংলুপ খুদীংমকনা।

তৌইগুম হেন্না শাংবা পুন্সি রারী

কমরেড লেনিনগী

হৌজিকসু ওইরি

ইগদবা,

হন্না হন্না ইগদবা

অমসুং খোঙ্গুল লীগদব।

থাপগ্রবা,

কুইগ্রবা,

চহি চনি নত্রগা অসুম্না

* Ulyanov: Lenin's elder brother, was member of the Narodnaya Volya revolutionery society.

খ্বাইদগী হান্না হৌরকখিবশিং
লেনিনগী চংখ্রে।
ভাত্রা পীথ্রাইগী
তাদ-ওমত্রবা খোনজেলশিং
শদ্বাপতি কাওনা হুংলিবা মখোয়গী শুর?
মহু মপুবোক্কী
*ব্রোমলে অমসুং গোজোনগী,
ইহান হানবা ষ্টীম লোকোমোটিভ।
শেনজাও পায়বা,
হিজ মাজেষ্টী,
চিংখগ্রে রাজপদবী সিংহাসনদগী,
অহুবু খংদে কনানসু
লাওথোকই
লৌথোকখ্রে
শেনজাও পায়বগী শক্তি।
লুট তৌখ্রে সহর,
থুগাইখ্রে
হানজিন্নে

* Bremley's and Goujon's: Foreign runed engineering works in old Russia; after Revolution they were nationalised, renamed and considerably expanded.

সনা

বেঙ্কগী

মবুক্তা,

থবক্ শুকম শিনশঙদদি

ময়াং কংলে মনম শোল্লে,

য়াওগ্রে সিপাহীদা

শিঙ্খী কাংল্লুপ্পা।

অমুম্মা কীহল্লমই,

কাখৎহল্লহনা মৈখুগী মপৈ

অতিয়াদা,

"শেম্নসি ঐখোয়না

লাইবক্কী লম্বী

শীংলশি খুহুম চেৎনা।

অহুগা কাউগন্নু,

মহাক ল্যাকুলে,

নকশল্লক্লে য়াম্না,

মী অদো,

অথোবা, থোরেল থোবা

ঐখোয়গীদমক্ লম্নন শিংবা,

সিপাহী!"

তিম্নগ্রে

মৈখু অমসুং নৈচিলশিং

তিম্নগ্রে অমত্ত ওইনা

মতমহুদা লালহৌবশিংনা
ওইগ্রবা চপ চাবা লাম্মীশিং
মীয়ামগী মন্নুংদা,

ওইগ্রিকাওবা
নোংলৈ অমগী খুদম
হৌরক্লিবাফাওবা হেনগংপা—
ওগ্রিবাফাওবা অভিয়ানা খুদোংথিবগী
অমুবা মৈখু মমহন্নবা লৈচিলশিংবু।
চাক্লিবশিংগী মরক্ত
থোরকলে পোৎ-চৈগী চীংজাও।

কোক্তাংবা শা,
মেনেজরশুনা
নমই মহাক্তী এবাকসতা ( মশীং থিনবা খুংলাই )
লাওরকই পাখংনা
"ক্রাইসিস!"
অহুগা থেংলি লিষ্ট অম:
" ডিসমিস — — "
হয়িং ভোংলবা
তলশিং
ওইরে মোংকম ডষ্টবিন মন্নুংদা,
মহৈ-মরোং—
মহৈ-মরোং থম্ফমদা
কারে কোকফাই,

লাম্থোকপা মতমদা
* য়েলিয়েবকী
খোঙবাউগী মপা ;
শুরুংদা পুথপ্রে পুক
থবক ফংদববু চিংবদা।
মতমহুদ খোনজেন্দুনা
লাক্লমই ভংলহুনা
খাঙপোকশঙ অমদি মোংলবা মকমদগী,
নমহংলহুনা কপ্লগী খোঞ্জেল অঙাংশিংনা:
" লাকলো, কনবীবা ইবুংঙো!
লাকলো, অরা-অনা কোকশিবা!
চংচগে ঐখোয়
লাম্থেংনবা
নক্সপা কদাইদনো'মা নহাক্লা য়াথংবীবা!"



হে,
উট,
লোইচল শাসন হোদোকলিবা!
চেকশিল্লু,
লংকৈ চংপশিং
য়োংকী জহাজ তোংহুনা!

* Yelieyev: Big food-dealer with huge shops in Russia's principal cities.

চংশিল্লি মরুভূমি কাওজুনা
মুমিং তাবনা তুংইন্দুনা,
লম্বী ফাং ঈথকশিংগী মরক্তা
নোংপোক ভমখৈগী খোঙচংশিংদা !
মমিশিং
ফজবা খুদমগী
মশক থিনা মুরবা
হৌরকলে কুপশিনবা অতিয়াবু
মুংশা ফুরবা মরুভূমি লমশিংগী।
তাও, নেগ্রোগী
চৈ চারব নমগন্না
ঙংন্জনা শক্লি ঈশৈ
লকোই পাম্বী অমদি চুগজাকশিংগী মরক্তঃ
" উউ — উউ,
উউ, উউ,
নিল, ঐগী নিল !
চাইখৎলু ঈশিং নোংম
গুম্ভীরগী মতেঙুম,
হেন্না মমহনসলু মহুনা
ঐঙোন্দগী হেন্না ফুমিদাংদা
মৈচাক্লবা
ঐগী ঈঙুম,

ঙাংশং ঙাংনা

ইরং লংনা,

নোয়হেল্লবা পুকশিংগীদমক

অঙৌবা অমস্তুং অমুবা অনিমক্কী

ঙৌথোক্লবা অমস্তুং তাওথোক্লবা

খায়দোক্লবা অমস্তুং চেকখায়নবা।

অময়ম

খুদী'মক

শমু ময়া

ককথংলু অমস্তুং থুদেকউ মখোয়বু

মোংঙানবদগী মুমিং তাবা ফাওবা।

শিন্থহনগনু ঐগী ঈখেং অরেম্বদা –

ওইরবনু চারোল শুরোলশিংগীদমক

লাকলো,

হে কোরৌ মায়রোংনরিবা

অচুম্বা পীবীহনা ঙাকপিয়ু ঐখোয়বু!

ঐহাক্ত উরে;

ঙাইবীখিদে কনাবুসু অশিবগী ঈশ্বরনা –

মতমসিদা ঐহাক্ত হিংলক্লিবা।

নিংশিংউ ঐগী মন্ত্র,

নিল ঐগী নিল!"

উন্না কুপশিল্লবা রুসিয়াদগী
পেটাগোনিয়া কাওবা মুংশ কনবা
কন্না শুন্নি থবক
মেকানিকেল মিলশিংনা
ভকৃথায়রঙংলহনা।
*আইভানোভো - ভোজনেসেন্সক
ইয়োং শুরিবা সহর,
চাউরবা
চেক্কী ফেক্করিশিং
থক থক নিকপ্রে ঈশগী খোঙ্গেন্নাঃ
"লশিংগী মিল, ঐগী লশিংগী মিল,
থবক শুরি ঙংহনা, মেচিনশিং, ইয়োংশিং
চপচারে মতম মহক্ লাকপা
অনৌবা *ষ্টেনকা রেজিন অমা।"



ঈশুশিংনা হংগনি,
"অর্থ করিনো কেপিটেলিজমগী ?"
অঙাংশিংনসু হংলে
ঙসিদি
"জেনডাম' করিনো বাজি ?"

---

* Ivanovo-Voznesensk: Big textile centre, Scene of mass strikes and revolutionery up heavals for many years.

* Stenka Rezin: Leader of a peasant uprising in the 17th century.

মরম'হুনা
কেপিটেলিজম
উরহুনা মহাক্না,
য়েকই
মশুশিংগীদমক্তা
চাওথোক চাওনা ঐগী লাইরিক্তা ।
শেনজাও পায়বগী নীতি
মহাকী অঙাং ওইরিবৈ চহিশিংদা
ওইরমদে অহুক য়াম্না ফত্তব,
লৈরমদে অকিবশিংদো
মহুদি মহাক্কী কমবোতি উন থাংলবা
মোংহনখি
অহুগা ওনখি নাপু মচু।
ফিউড্যালগী লীপূন
চেৎমন্না লাকশল্লমই
নহা ওইবশিংবু ;
ৎংশিল্লম্রই তপ্প, তপ্প,
ওইরমদে হেন্না ফত্তবা,
তৌরিবসিদগী মতমসিদা ঐখোয়না ;
লালহৌ ধৌরক্লমই
অমস্তুং :
পন্নাই হকচাং য়াওনা

য়াওশিল্লমই মহাকী খোজেন্দা
মার্সেলাজ ঈশৈগী,

পোক্লমই মেচিনশিং
মহাকী হৈশিংলবা কোক্তগী

অহুগা থমলমই
অনৌবা মীনাই
মখোয়গী থবক্তা:

শন্দোকলমই
পৃথী পুম্বগী লৈমায়থক্ত

পাঙ্গল্লবা মচা মিলিয়নশিং
শিন্মীশিংগী।

নিংথৌ পানবা রাজ্যপুম্নমক্ত
অমম্বং নিংথৌশিং
য়োংশিনখি মকাক্ত অমূক্তদা

লুহুপশিংগা লোয়নন।
ময়েক্ত খুদমশিং
লৈতেংশিং য়াওনা

নোয়খৎলহুনা বাইবলগী যনবীগুম,
চিনবাল শেক্তুনা
মরৈনা —
পার্লিয়ামেন্টকী।

ভৌইগুম অশোনবনা
চহি কয়া
মহাকী হকচাং ওইরক্লমই য়োংকী হকচাং
চাওখৎলকলমই
ইং-তপ্পা সুংঙাইবা,
লেমলহ্নুনা অচৌবা হকচাংদা
অমসুং
মান্নবা লুম্নবা
মহাক্ মশামক্কী
সুংশিন্নবা লেডজরগুম।
মহাক্ মশামক্না শাগৎলি কোন্নুংশিং
মমাংদা উথিত্রিবা কৈদৌন্নুং।
কলাকারশিং —
কাংবু অম ওইনা পুন্না —
গুরমই মখোয়গী থবকশিং।
লৈমায়শিং —
সম্রাজ্য পুম্নমক্কী.
শিলিংশিং —
অঙকুপা কংনা কৈডেংলবা,
ফরাংশিং —
লুইস XIV,
কাটৌর্জগী।

কোয়শিল্লমই মহাকপু
মায়খোংশিংনা
মতিক চায়বা
মায়খোংশিং ওইবদা
নত্ৰগা মকমশিং
মখোয়না লৈরিবা,
ভাৱুহুনা শাস্তি,
পেল্লমই পুলিসতুনা
পুমদানবা মায়খোংগা।
মহাকী আত্মানা—
শৈরাংনবা
অমস্তুং মচু শংনবা অপংববু—
মনবী অমগুম,
লৈরিব, নাপীগী লম্পাক্ত লৈরাংশিং কুগায়না শাংল্লি বা-
হৌনশাজংকী
অমস্তুং ফজববু খংনরোনগী—
মহাকী ইমুং মনুংগী শাত্রশিং—
নমশল্লমই
লৈরাংলবা পুংজাশিংনা।
স্বৰ্গ অমস্তুং নরক
অনিমক মহাকী থৌশিল্লি,
মহাক্ত থাদোকখি চমত্ৰবা মিংথোলশিং
মখোয়গী রাখল্লোনশিং মায়থীরবা

ক্রোসকী য়োংপী মখুলশিং,

সিংহাসনগী কৈরাক,

অমদি ভুমোনশিং

হোলি স্পিরিট

মমৈগী।

মৈমৈখংদদি —

মহাকপু -

চাওখংলে মনিংতম্বা মশামক

হিংলকপদা

ঙৈ অমসুং হুরাংলক্ত

মীয়ামগী।

চাশন - থকচল্লত্নুনা,

উরোল - শারোন তুমথবা

ফুরিখাউদা পৈশা হাপচিনবদগী,

কেপিটেলিজম

ভম্বুরকলে অমসুং শোম্বরে।

কপ-লাওবা পুম্নমক

শন্দোক্লমই মহাক্না

ইতিহাসকী লম্বীদা।

মতে

কাম্বোকখিবা

নত্রগা লাম্বোকখিবা মহাকপু।

অম্‌রুক্কী মতিক চেকশল্লবা
পৃথী থুংনা শন্দোক্লিবা
মহাক্কী ফমুংদা
হিপলি মহাক্লা,

অমত্তা ওইবা লম্বীদি
কাপথায়বনি মহাকপু !

★

ঐহাক খংই,
মহাক্কী সমালোচকশিংনা
পায়রগনি শাক্তৈ,

মহাক্কী কবিশিংনা কোয়লাউ লাওগনিঃ
"কোগদ্রা মহুবু কবিতা ?
সুপ্রভগী মাফোংদোকপশিংনি ।

থম্মোই য়াওদে,
কবিস্থ য়াওদে—
অলঙ্কারনা য়োম্বতনি ।"

শোইদনা ওইগনি,
"কেপিটেলিজম" গী খোঞ্জেল
অহুক য়াম্না লুদবা;

"মোংইন" গী খোঞ্জেম্না
হেনথোইনা মেংই ।

অচুম ওইনমক ঐনা হৃনগনি মচুদা
মরি লৈনবা মতমদা।

ঐগী রাহৈ পরেংগী শরুকশিংনা
লাম্লেংনবগী খোল্লাওগুম খোঙ্খোক্লসনু!

ঐনা তৌখিদে কৈদৌন্নুং
থৌনাইদবা রাকুশিংদা —
নহাক্না খংইহুনি মচুবুং

তৌইগুম হৌজিক ওইরে
নত্তবা মতম
নুংশি লাইমনগী রারেম ঙাংবগী।

ঐগী, কবি অম ওইবগী
খেকথবগী শক্তি পুন্নমক
ওইরসনু নহাক্কী,
ঐগী কাংবুনা
লাম্লেংনবদা অধিকারগী লানফমদা!

"প্রোলেটারিয়াট"
মাল্লি
হৈনদবা অম শীজিন্নবদা
মীশিংহুদা
কমুনিজ্যমনা
অকিবদা লংশিল্লবা।

ঐখোয়গীদমক্তদি, ওইহুনসু,

মসিনা খোজেন খোকপা

পাজলবা ঈশৈ অমগুম

মহুনা খোকহৎলগনি মীকপ

অশিবদগী

হিংগৎননবা

অমসুং লান্থেংননবা।

মমল য়াম্নবা চাওরবা য়ুমশিংদা

কৃক কৃকু ইন্নখরে মীশিংনা তনিক্লহুনা।

দলানগী মতোন্দ

নিক্লবা য়ুম্বীশিংনা কোকথোং পুরিবা লাওরক্লে :

"কায়রগনি ঐখোয় মচেৎ মচেৎ নিংতম্বা

শংবানবা অতিয়াদা

পাক্লা শন্দোক্লিবা;

নাম্বোকুলহুনা

মমিৎ তাংলবা খুরবা লম্বীদগী।

লাক্লগনি মহাক —

শিম্মীগী অশেংবা মচান্নুপা,

লুচিংপুল্লেল অম, পোকখিত্রিবা,

শিম্মী প্রোলেটরিয়াটশিংবু পুনশিন্নবা।"

য়েংঙু,

পৃথ্বীনা শিকলে কেপিটেলগী আশাদ';

মহাক্কী খুবাংনা
মুক্তা কোটি পায়শল্লবা,

দশা তারে
শেন্দোংগী মংলান্দা
পুম্নমকপু মাংহল্লিরৈ,

কেপিটেলনা
চংলি পায়শল্লহুনা অতোপ্পা লমশিংবু।

মখোয়গী খোঙজংনা,
থেংগাইনবদা য়োংকা,
পোকলকথি খোরাংবা লূট তৌবগী।

"হাংলু!"
মখোয়না লাওরকই;
পৈশাগী থাউ অনি পায়শিনগ্রগনি।

সিপাহীশিংগী মোংফমশিং
উখিদ্রে খুজং খুদিংদা,

টাউন খুদিং
ওইরকলে শিনশঙ
চৈঙাক ওইরহুনা।

মহুনা হৌগ্রবদা
মখোয়না কমলমই টেবলশিংদা
মনা-মনিল নাইদনা।

মায় পাকৃপগী
খোইহুম মখোয়না শাজবা চামিমৈ।

তৌইশুম—
ভাই মোংফম লৈপুংশিংদা মুকুম মুকুম শোনবা,

শরুশিং খেজায়নহুনা—
লৌখৎলমই শেংদোকলমই

"উগনি নহাক্লা অমুক হন্না ঐখোয়বু—
লানগী মৈরিরক্লা।

ঙাকশিন্নোই মতমনা—
ঈখেংলবা মীহাং-মীপুন

লাকলে মহাক—
লুচিংবা-ঋষি
লাওথোক্লবা লমল

মংগী নথক্লা
মতম চুপ্পগী ওইনা লাল লোইশিন্নবা।"

মীবাংগী তুরেশিং
চেনথরক্লে
ঈচাওনবা পৃথীবু।

বুৎথরবা কোমফুৎ খুদীংমক
ঈগী লৈখোমনা থল্লকলে,
মরাং কায়রে পুন্নক্লে।

মইরেখংদা'

হুংখিল মঙলাম্নবশিং অপংবা।

খিজিনবা হৌরক্লমই

ওইথোকপা য়াবশিং

তাপ্না শাবা রাখলশিংগী।

তৌইগুম

ফিলানথোপিশিং

মখোয়গী রাখল মরি চংলে

খেন্নায়বদা খেন্নায়ঙমদ্রবা সুঙদা

অশেংবা মরমগী।

করম্না ওইথোক্কদগে

খোঙলম্নীশিংবু

ঙালহল্লিবা মরক মরক্ত খঙান ঙানবা অরংবনা

লম্বী পুম্নমকপু ঙালহন্দুনা

অম্না অনা নংলবা মী কোটী কোটীবু কম্নীবা ?

হৌজিক্কী কেপিটেলিজম

মশামক

ওইরে য়ৈথায়-খিনগায়রিবা হুরানবা,

ঙমত্রে তেথহনবা মখোয়বু,

মরম'হুনা হেনগৎলক্রে তমথিবা মহাক্কী চক্রেগী ময়া।

মাপু মচুগী কংলবা

ঊনা মানবা

মহাক্কী মঙংনা—

খোকহল্লে অন্দলোন অমম্নুং খুদোংথীবা
লোইবন্নাইদ লেপ্পনা।
কঁন্নিবু শেমগদৌন্নিবনো
পুন্নমক অসি
সনা চাবা সর্কাস,
মরাল শিগনি কনাবু
কন্নম্বা মান্নকৈদবু
লেপকনি ?
মকোক কোটী পাল্লবা,
মখুৎস্নু কোটি পাল্লবা
কাংলুপ শিঙ্গীশিংগী
চুমথোকলি মথোয়গী মঠা
আম ভানবা হোংনবদা মহুবু।

কেপিটেলগী জুমিংশিংনা
চাথংলকলে অমম্নুং ভাশিল্লকলে
মতমবু
লংথংহল্লহুনা
মভালবু স্রেক্লবা স্নেংবা মৈগী
মশুমহুনা
শোক্লিবা কাওবা
‘ মী অম কাল’ মাক্স’ মীজোবা—

লেনিনগী ময়াম্বা ওইরিবা।

মার্ক্স!

মহাকী তসবীর অঙোবা কোইচোম্বা

তমথীনা উই কনানা।

তোইঙম কয়াদা খেম্না লৈপ্রবনো

পুক্নীং য়াথলশিং

য়েংবদা মহাকী পুক্নিংগা!

উরিবদি ঐখোয়না

মারবলনা শাবা জেলগী মঙুংতদা

নত্রগা মুঙতৌগী লৈবা

য়াম্না থৌজাল হৈতবা মানব চুংবা

কন্নিমু চেকশদবা অমঙুং খংনগনবা।

অহুবু শিন্নীশিংনা ওইরক্লবা

পঙ্গোংথংলবা য়াওনা হোংনহুনমু থবাই

মখোয়গী লালহৌবগী লম্বীদা থাংজিল্লুবা

অহানবা তেল্লবা থোঙকাপ,

মঙুংহুদা কয়াদা চাওরবা

চাক্লুবা মৈফম লৈরম্লবা

মার্ক্সকী

চুমগংহুনা মহাকী য়াথল অমঙুং থম্মোই!

মশামক্ত কেক্কনী খুদীংমকী

মফম পুম্নমক্ত থবক ওনক্লবগুম

খুৎলাইশিং পায়হুনা শুবদা
খুবাংশিং হৈরহুনা,
মাক্স'না ফারে
শেলফোই চাবা হুরানবশিং
পৈশাগা কোয়না
ঘটনা খোকহল্লিবশিংবু।
পাখংলে অতোপ্পশিং,
হুম্বুরে মীৎয়েং কিবনা
মায়োক্কবা
খোইদৌজুং কাওবা শেন্দোং চাবশিংগী,
অমুম্বা লৌরমই দাইম্ব মার্ক্স'না
পোলেটরিয়ানশিং লমজিংনবা
কাংলুপ লড়াইগী লানফমদা
হাৎ-নবা পৈশাগী পুজারী সনাও,
অহুদগী ঘনবী,
খম্মোই শোক্ল অমম্বুং লড়াইনিংনা।
হৌজিকম্থু কুপলি অথাবা লৈচিল্লা
কম্যুনিজমগী সাগরদা
পুমংক গুল্লা,
খল্লি ঐখোয়না
তানজা হায়বহুথক্কনা
পুখোল্লকখিবনি ঐখোয়বু
নরকুগী।

কোংলে
মার্ক্সনা
খ্বাইদগী লুথবতু
মহৌশা ইতিহাসকী,
হিনাও শাহন্দুনা
প্রোলেটরিয়াটশিংনা।
নত্তে,
লাইরিকশিংসে মার্ক্সকী
নত্তে ইচম চম্না চেদা নম্বহু,
নত্তে চগংনবা খুইশিং
পানিংদবা অক্ক ময়েকশিং হাপচিনবা।
মহাকী লাইরিক্ক
পীরমই থৌনাগী য়াথং
নিংহন্নরবা রেঙ্কশিংদা লেবরগী
লমজিংলমই মখোয়বু চংশিন্নবা মাংদা
থাজবা পুন্নমক্ষ য়াওনা থৌনাগা লোয়নবা।
লমজিংলমই মখোয়বু
অমস্তুং হায়রমই:
"চংশিল্লু লানকমদা!
পরিক্কাদি থিওরিশিং অসিগী
পুনশল্লবা মশক অহুনি থবকী।

লাল্লগনি মহাক্
নোংমদি,
থবক ওনথোকপা লাইপোক অদো,
লম্মজিংলরগনি নহাকপু
লাইরিক্কী
লানকমগী ক্ষেত্ৰদা।"
ইবা মতমদা মহাক্না
অরোইবা রাইহেসে
নিল্লহনা মহাকী খুৎশাশিং,
অরোই' রাখলনা মহাকী
মঙাল পীরবগুম মীৎস্নাদা,
ঐহাক্ খংলে,
মার্ক্সনা উরমই মঙাল অম
ক্রেম্লিনগী
ফিরালনা
কম্যুনগী
পাইবা মোস্কোগী অভিয়াদা।

ভমমুক্তগী মতোংগুম
চহিশিং
ওইরক্লমই মপুং ফারবা।

থবক

চাঙখৎলকলমই

মপুং ফানা।

কেপিটেলগী

লানবলশিং

ঙমজে ঙাকুপা

প্রোলেটারিয়ানগী ঈথক্না

য়াংশিল্লকপন' খোঙজেল অমম্তুং কনখৎলকপনা

ঊৎলকপনা

চহি কয়ামুক

অকনবা মুংশিংকী ঈঙ্গিং

ওইরকলে নোংলৈ মুংশিং অকনবা।

অবাধবা ঈথক পাথোরকলে

অশাউবগী পন্দোম লোমলহুনা,

লালহৌশিং

লাকলে মখোয়গী তুংতাবা মহৈদা।

মীমুংশি থংদবা

বুর্জুয়া আইনগী শাস্থা লমচৎনি;

তকথায়রহুনা

*থাইয়ার অমস্তুং গালিফেটকী

মায়মচৎ মাইবদা মুঙথংনা,

---

* Thiers and Gallifet :
The French Prime Minister Thiers and General Gall fet headed the operation against the Paris comune of 1817

পেরিসকী,

ফরাংদা

* Pere Lachaiseগী

খোঙ্গাংনা

কম্যুনার্ডশিংগী

লাওরি হৌজিকসু:

" য়েংউ অমসুং তাও,

কমরেডশিং !

খংহোয়ো

ঐখোয়গী মায়থীবসিদগী !

লনাই লাম্নেনবা মশক্কী অৱাবগী

ঐখোয়গী পরাসে

মাংহনগনু লেম্ম।

পার্টি অমখক্তনা

ভমগনি থেংনবা য়েক্লবশিংবু,

পায়শল্লহনা খুত্তুম চেংনা

শিন্মী কাংলুপ পুন্নবকী

খুত্তুম অমত্ত ওইনা অচৌবা !"

"ঐখোয় লুচিংবশিংনি !"

হায়গনি কনাগুম্বনা, লৈখোক্লিগনি

অতুগা চিক্লকনি হল্লিন্দুনা!

---

* Pere Lachaise: Paris Cemetery where communards were shot and buried.

"ঐখোয় লুচিংবশিংনি!"

হায়গনি কনাগুম্বনা, লৈখোকখিগনি

অহুপা চিরুকনি হজিন্দুনা।

চেকশন্না য়েংঙু,

ৱাইহেশিংগী মঙ্গুংদা য়াওরিবা

দাগকম লৈরবা উনশা!

লৈগনি লুচিংবা অমখক

ঐখোয়গী ইচম চম্বা,

শং-ভিংবা রেলগাড়ীগুম, ভলগুম্না ইচম চম্বা

খৌরাংলো চংশিন্নবা অরা অনা মরক্ত।

খুজোক অমনা

থাজনবীগী, কাংলুপকী

লোন্দা-পুদাগী

অমঙ্গুং কীবমশিংগী

হাগুনা সনাগী চাকাদা

চাওরবা পৃথীনা

চংলি খোজেল খোক্ল ক্রেক ক্রেক।

কেপিটেল,

শকওং য়াম্বা চিককনবা ভিলনি,

মুক্লিবা শক্তীনগা

নোয়রবা অমঙ্গুং শাজন্নবা।

কম্যুনিজমগী প্রেতনা

তমনরি ইউরোপ্তা

লৈথোকপ্রে, অমুকু চৎলকলে হয়া
মহাক্কী অকোয়বদা।
পুম্নমক অসিগী' মরম্না
সিমবির্সকতা,
লম্বী তংখায় মোস্কোদগী
উরল কাওব থাম্নদা,
লেনিন,
ইচম চম্ব অঙাং অম
পোকলে।
খংই ঐহাক্না শিম্নী অম—
মহাক লাইরিক হৈরমদে —
তমলক্তে করিম্ব
মপী লাইরিক কাওবা,
অহুম ওইনমক
করিগুম্বা মহাক্ক ভারবা
বক্তৃতা পীব লেনিন্না
হৈজ্রবম্ব লাইরিক
খংগনি
লোইনবা।
নিংশিংলি ঐহাক্না ৱারী অম
লীথিবা লৌমী অমন সাইবেরিয়ান;
মখোয়না মুনপ্রে লম,
পায়প্রে
ভক্রে থবক
স্বর্গমক্কুম্না।

মখোয়না তাখিদ্রি কৈদৌঙৈদম্না,

পাখিদে লেনিনগী মরমদস্ু

তৌইগুম ওইরমই পুম্নমক লেনিনগী আইন চৎপা,

চহি ভরেৎশুবদগী হুম্ফ্‌ভরাগুরবা ফাওবা।

কাক্লরে ঐনা চীংজাও কয়া —

করি'মত্তা হৌদবা চীংবায়দা।

লৈচিলভনা

কুপশিল্লবা

সুওগী কাংথকশিংদা।

অমথক্ত

লৈবা অহিংবা থরাই

মাইল চাগী মস্তুংদা

শঙ্গেমহা ফাওবনা

থেংলি লেনিনগী বেজ

মকা লাম্বা মায়খোং।

কনাগুম্বনা হায়গনি মহুবু

পাম্বা ওইনা বেজ থেংপা।

মুপীমচাশিংনা —

শেংলি ক্লোক

উই থর য়াইকরবগুম।

তৌইগুম্বসুং চাকহনগনি পিন অহুনা

ফুরিত ফাওনা

উনশা য়াওনা।

থম্মোই কাওবা
পিক থলহন্দুনা
ইলিচতা কথোকপগী

ওমলোই মসি
শন্দোক্ল হায়বা
মীশিংনা চর্চগী
মকমময়া থংদবা,

নত্তে তৌংঙ্বা ঈশ্বরনা
য়াথংলকপা মাবু
কনবিবা মপু ওইনবা।

থবক শুহ্না
তপ্ন তপ্না লেপ্তুনা
মহাক্কী পুক্লিগী লম্বী লাইরিক্তগী

ওইরকলমই মহাক্না ওঝা
পৃথ্বী পুম্বগী গুরি নোমলিবশিংগী।

য়েংথৌ
রুসিয়াদা
অপাইবা এরোপ্লেন অমদগী

শংবাম্নবনি মহাক
ঈচেল নাইরিবা ছুরেলশিংনা

কুপ্নবগুম
অশংবা ব্রিলো পাম্বীনা

নত্রগা মরাংলব
মমৈ তরেৎ পানবা শাজৈগুম।

ভোইগুম শংবান্ন-হেনবনি

অন্নুম য়েংবদা মহাকী অচিনবা-রক্ত

লৈরিবা তোংখৎলিবশিং

জামিন্দার শারাঙ্গবা

রুসিয়াগী।

য়েংঙু মিংচি পৈরপ্ন দৃশ্য

অরাবা লৈরবা লমদমসিগী।

কপারগদগো মফম অমদা

য়েংঙু; থমউ নহাকী মীংয়েং

চীংজাওদা,

কয়লা কুকফমদা

অমম্নুং বন্দীশঙদা লেপ্লিবা

ইনখৎলহনা

মহাকী অতিয়াদা।

ভোইগুম্নম্নুং হেনথোইনা রাবদি বন্দীশঙদগী

হেন্না ভমথীবদি লাংখোংমুঙ লানগী

ময়ামহূনি মখোয়

মীনাই ওইথিবা কান্দা

মহাকী শিরপঙগী।

লৈ লৈবাকশিং

হেন্না ইনাকখুনবা,

ভাজবদা ঐহাক্না,

লৈ হেন্না কজবা,

হেন্না লৌশিং লৈবা,

তৌইগুম থেংনখিত্রি ঐহাক্ন কৈদৌনুংদ
পৃথ্বীসিদা পাকচাওরবা
লৈবাক অম
হেন্না লৈখিবা
অৱা অনানা।
অহুবু চৈনা হন্থনা য়েংবগী –
ঙম্লরোই খাংবা
মতম চুপ্পগী ওইনা।
নিং ভন্থা লৈবাক!
খোল্লাও অসি কনখৎল্লক্লমই মপাঙ্গল
লনাই লাম্হৌংনবশিংগী
থাজবীশিং
নাইতোম মীহাৎ মীপুন্দা
পায়রক্লিবা ফাওবা ভাইনামাইট,
নোংমৈ
অমম্থুং বোম!
ফরবনি মসি
লোইশিনবা
খুকাপ অমদা জার,
অদুবু করিগুম্বা
নোংমৈ মক্ল অহুনা
শোয়ব্রবদি মপা?
ফারে
অংেজেওার
লেনিনগী ময়াম্বা

হাৎনবা হোৎকবদা

নিংথৌবু।

জার অম কাপথুব,

মহুনা,

মহাকী ঙমজবী পাজলন।

চেৎশিলহনগনি

থুগায়বদা

মীওৎ মীনৈগী রিকোর্ড।

অস্তুম্না

আলেক্জেণ্ডার উলিয়ানোভ

অহিং অমদা

ভৌগ্রে ফাঁসি

*ছলুসেলবর্গ টোর্চেসকী মঙাম্দা
( Schluesselburg torches )

মহুদগী মহাকী মনাওমুপা,

পাখং চহি তরাতরেৎত শুরিবা

শকথি রাশক অম

পুমহেন চেৎলবা

অতৈদগী রাশক।

" তাচৌ, ঐখোয়না থেজায়নগনি

লান অচুম্বগীদমক

---

* Schlussellburg Torches (Schlusselburg Fortress). The place where Alexander Ulyanov was executed. Place of execution of many Russian reve'utioaraies.

মায় পাকনি
ভৌইগুম অভোপ্পা উপাই অমন "
শক্লমই ৱাশকু লেনিয়া।

-

অথৌবহুনি নহাকী মহৌশাগী —
য়েংঙ, মুর্ত্তিহুদা —
ৱাহোংগী মতৌগুম খোঙকাপ কয়া থাংলিবাঃ
উৎকনি ঐনা নঙোন্দা
করিনা করিনো হায়বদো!

নত্তে মসি থৌনা কবগী,
পাংথোকপদা ৱায়বা থবক,
ইচম চম্বা,
ভৌশন্নবা,
থবক্কি খল্লবা
থৌদাং ওইনা পু'ক্লগী
লেনিয়া।
লোয়ননা মীয়ামগা
মিলশিংদগী অমসুং খনিশিংদগী
মহাক্না লাওরমই
হেনগৎনবা খুৎশুমল'
মায়বা থাক,
য়েংলমই লম্বী
লানথেংনবগী
অমাং অভোং

তম্বীরমই অকবা লমচৎ

কল্লবা কোরমেন অমদা।

তৌইশুম লানথেংন অসি

নত্তে ইচম চম্বা

অসুম্বা ৱাকৎ খরগী

শীংতোকখিনবা অমোংপা

অচুপা ইংনা চংনবা —

পেল্লচুনা —

করিস্ু লৈরবা থবক্তা।

নত্তে —

মদো সোসিয়েলিজমগী পান্দম,

কেপিটেলিজমনি

য়েক্লবা ওইরিবা

মচুগী খুৎলাইদি

নত্তে শুমজিৎ

নোংমৈনি নোংমৈ।

মান্নবা ৱাখলচুদা

হন্না হন্না

হন্না হন্না

ৱৈথরমই মহাক্না

মাঠাদা থবক্ত ৎল্লবা।

হয়েংদি

মখোয়শিং অচুনা

তারগনি জ্ঞান মমৈথংদা

কারে পারাদো
অকনা ওইবা।

ওরাংগী মী তরানিথোই,
ওসিদি চাম,

হয়েং
লীশিংনা
হৌরকলে,

শুরি নোমলিবা পুক্সমক্লা পৃথ্বীগী
হৌরক্লিবকাওবা থীনবা নোংখোংরগুম

অহুগা
থোরক্লিবা কাওবা
অরাংবা ঈথক অমনা ফোঙনা।

লৈররোই এথোয় তেথহুনা কিগনবা ওইনা
য়াওনাওগুম পোকপত্ত ঙাইরিবা;

অশাউবনা শিল্পীশিংগী
বুংশিনহনগ্রগনি
লৈচিন,

হৈরহুনা
মৈঙাল্না
লেনিনগী চেকোংগী,

মহাকী চেকোংশিংনা
চুথরমই মথক্ত
ঈথক কান্নিবা মীয়ামগী।

থক্লমই থম্না
কাংল্পুপ অহুনা
লেনিনগী মঙাল
অহ্গা,
থোক্লকলে মঙাল ফংলহুনা
চাহি চা কয়াগী অমম্বরক্তগী।
লৈশিল্লক্লে,
থকচল্লহুনা
মীয়ামগী পাঙ্গল,
পুম্না কাংল্পুপকা লোয়ননা
হৌগৎলকলে লেনিন।
ভপ্পা চাং নাইনা,
লৈরক্লহুনা লন
মরম ওইহুনা মীয়ামপুনবগী লৈহাওনা;
মখোয়না পুরকলে
নহা ওইরিবা ভ্লডিমিরগী রাশক
মীয়াম খোমজিমবদা,
লৈরম্নোই
মশাগী ললাইগী,
ইউনিয়ন নত্তনা
লাম্হেংনবশিংগী
*ইমানসিপেসন (Emancipation)
শিম্মী কাংল্পুপকী।

* Emancipation: Name of the earliest Marxist worker's organisation in Russia, embryo of the Communist Party.

লেনিনইজম শন্দোয়কলে
পাক্লা শন্না মকম খুদোংদা
হেন্না লুথনা।

লেনিনগী সেবকশিংনা
তৌরম্মই থবক অঙক অংকপা,
থৌনানা অন্দরগ্রাউণ্ডগী
খোঙ্গুল লীরমই ঈরক্ত
শিন্থরিবা

উফুল্লক্ত অমম্বং
অইংবা উলেনলক্ত
লোইবা নাইত্রবা ভ্লডিমিরগী।

ঙসিদি
উংলে ঐখোয়না
মল্লবা পৃথ্বীসে
ঐখোয়গী লম্বীদা।

অহুম ওইনমক
পীবা মতমদা বক্তৃতা
ক্রেমলিনগী আর্মচিয়াদা

ইরৈ নৈখিদে
থংহৌদনা নিংশিংলোইদবা মতম অম,
থলহনপ্রবা খোংঙংবনা
মরি তৎত্র গুণ্ডাশিংগী।

---

Vladimirka: highway by which political convicts were driven from Moscow to Siberia.

নিংশিংঙু
থাপখিত্রবা মতমদো হৌভ্রবাঃ
মীংয়েংগী ৱাংমদা লৈভ্রবা,
ট্রামশিং, গাড়ীশিং, কারশিং ⁻ ।
কনানো নখোয়গী মরক্ত,
হংজগে ঐহাক্না,
চিক্লকখিদবা
মচেৎ মচেৎ শেগায়খিদবা
জেলগী শারং মঙ্গুংদা ?
থুগায়রমই
ঐখোয়গী কোকশিং
ফক্লাংদ ঐখোয়গী ইথক্ত নম্বরিবঃ
খুদীংমক মখোয়না তৌখিবা ওইরমই লোইশিনবা
অচুগা কুপশনবা লৈঙোইনা।

"It wasn't long but honest;
Your service to your land — — "

মহাকী লোইগী মতমদা
ফংখিবরা লেনিন্না
ভেংথা - নাওইগী শক্তি
ঈশৈ অচুগী ?
লোমীশিং —
চংশল্লক্লমই —
মৈরি খোকহনগনি মশাগী খোঙ্গুলশিং

অমসুং লিংখৎকনি সমাজবাদ
য়াওদনা থৎন - চৈনবা।

তৌইগুম -
নত্তে রুসিয়াসু চৎকদবা
য়ুংহুনা মৈখু উতোং ময়াম;

অমুবা মৈখুগী মপৈনা
লাংথাক্লুনা মাহাকী সহরশিং।

লৈত্তে লাই মফমসিদা
য়াইগদবা ঐখোযবু শা-ঙা ওইনা
অভিবাদা।

'প্রোলেটেরিয়াটনা -
লমজিংগনি
লৌমী মীয়ামবু।

কেপিটেলগী মথক্ত লম্নীশিংগী
লৈ অরাংবা লম্বী রুসিয়াগী অচৌবা,

লেপ্তুনা লেনিননা
লমজিংনবা
ভুহৎ - নৈহৎপিরবা কাংলুপ্পু।

শকক্রে মখোয়না রাশক মপৈ,
মরাংকায়বা রাহৈ এসঃ আরঃ না

মখোয় মশামক্লা।
তোংননবা শিল্পীশিংগী মথক্ত
অনিংননা।

তেনশিলহল্লে লেনিন্না
থবক অদো ব্রায়ীগী,

অঙাংগুম কিথোংহল্রে
অচুম্বগী মৈরিলক্তা।

হাপচল্লমই মহাক্ত তন্দনমক
অহাংবা পাত্রদা মখোয়গী ব্রায়াম ঙাংবগী

পিক থম্না "লিবর্টি,"
"ফ্রেটর্নিতি" অস্মুম্বা ব্রাহৈশিংনা।

খুৎলাই পায়হনা
মার্ক্সিজমগী
খোমজিল্লহনা লানগীদমক

হৌরকই
বোলসেবিক পার্টিতমক
পৃথ্বীসিদা।

হৌজিক্তী
ষ্টেটশিংদা চৎলে মখোয়না
মুংঙাইবা গাড়ীদা,

নত্রগা খোঙনা রুসিয়া থুংনা —
করিগুম্বা মতম অমদা নহাক্ত

থেংনরবা মখোয়বু
উগনি ময়েকশিং
R, C, P,

ময়েক অমগা থংনবা ব্রেকেটনা কোয়শিনবা
( b) ( Bolshevik ) ।

ঙসিদি

লানগী লাইরেম্বীসে অঙাংবা

তাম়রে এস্ট্রোনোমরশিংনা,

টেলেস্কোপশিং থাঙ্গৎহুনা

অভিয়াদা অরাংবা দলান মত্তোম্দগী।

অহুম ওইনমক চিংলেম্নবা ময়েক্তুনা

চেগী মথক্ত নত্রগা কীগী মথক্ত

ঙাল্লি পৃথ্বীসিদা

শরুক তরা হেম্না ঙাংনা লংখৎনা।

ব্রাহিশিং —

খ্বাইদগী হেন্না ফজবা কাওবা —

তাই মচোই মচোই,

পুক্নীং য়াওদে

ঙাংবদা শকপদা।

ঙসি

পামজৈ ঐহাক্না হাপচনবা

অনৌবা অরংবা

খ্বাইদগী হেন্না মঙ্গন লৈরবা ব্রাহি

পার্টি।

লনাই —

করিনো অর্থ মসিগী

প্রক্সিদা ?

মহাক্না খোঙজেন্না
বাম্বুহনগনি
থিনজিনবদগী হেন্না য়েতুম অমনা।
কনানা তাবীরি মহাকপু?
ওইবা য়াই
মহাক্না মুপী,
অহুদগী মহাক্ন নকশন্নিনি
অহুদগী চৎলরোই থবকশুবা।
অশাউবদদি
পার্টি অমগী
খোঙজেল অমগী নোংলৈন।
থোকহল্লোই মরোল
অশোন অনা পুম্নমক।
য়েক্লবগী অকনবা মকম
পোকখায়রকনি ঙংহুনা
নাকোং ফিখলগুম
মতমদুদা তোপ্পা
হৌরক্লবা মখোয়গী মথৌ।
মী অমখক্তনা
কংগনি অবা অনা।
মী অমখক্তনা
ওইগনি মায় পাক্তবা।
কনা অমনম্তু অপংবা
থিরজনবা ওমগনি মহাকপু —

অশোনবশিং ফাওবনা
অনিবু পুন্নশল্লবদি

তৌইগুম্মস্সুং
ঐখোয় অপিকপশিংনা
পার্টি অমগী ফিরেপ্তা—

চংজরবা,
য়েক্লবশিংনা—
চেনখিগনি মীৎয়েংগী ব্লাংমদা!

পার্টি অমগী
লীশিং লীশিং পাল্লবা খুবাংনা—

তাশিলবদি খুত্নুম চেংনা
অমত্ত ওইবা খুত্নুমদা
য়ৈথায় ভগ্নগী পাজল য়াওরবা

করিনো লনাই ইশাগী হায়রবদো?
পৃথ্বীসিগী অকবা ওইদবা।

মী অমনা,
হেন্না কনবা ওইহনস্নু পুম্নমক্কগী,

ভমলোই থাঙ্গৎপা উজাও ফুট তরা শাংবা
লৈতে করিস্নু হায়নিঙাই
য়ুম অম
মথোল তরা ব্লাংবা।

অর্থদি পার্টি অম হায়বগী—
পাম্বোমশিং মী ক্রোর ক্রোরগী,

রাখলশিং

মীৎয়েংশিং

অমত্ত ওইবনি

অমস্থুং তৌমিন্নবনি থবক পুন্না।

পার্টি অমদা

য়োকখৎকনি ঐখোয়না খোজেকশিং রাংনা,

থাঙ্গৎকনি পুখৎকনি অমস্থুং তেংবাংনগনি

অমগা অমগা।

পার্টিগী

ওমখৈ অহুনা

নাইহল্লি ঐখোয়বু মথং-মনাও,

য়াংলেন শরু ওইরিবা

শুরি নোমলিবা পুন্নমক্কী।

পার্টিনা

কোনশিল্লি

মরমত্থু ঐখোয়গী শিনাইদবা,

থাজবাদু ঐখোয়গী

লৈখা তাবা নাইত্রবা অমস্থুং মাংখিবা।

ওইরমই ওরাং মীখাপোনবা অম,

ওসিনা রাজ্য পুন্নমক্ত

ওমজদ্রে ঐনা মশীং থাবা।

রাখল অহু,

থৌনা পাজল অহু,

কাংলুপসিগী মঙাল

অহুনি করিনো হায়বদু
ঐখোয়গী পার্টি।

লেনিন অমসুং পার্টি
ওই পোকমিন্নবা ঝাইবোক মচিন-মনাও

হায়গনি কনানা—
করম্বা উপাইনা হেন্না
ইতিহাসতা, মখোইগী মনা ওইবগে ?

লেনিন অমসুং পার্টি
ওই খ্বাইদগী হেন্না নকুবা মরি-মতা ;

পল্লু মঝিং অম
ওমলোই মংনা, থংহনব নত্তনা
অমত্তু।

লুহুপ অমসুং সিংহাসন
লৈরি হৌজিকসু মরাং কায়না,

বুর্জুয়াগী মওংনা
মমহলি হৌজিকস্থু
চিংশিল্লবা কাকুম নিংথম উলেন্না।

তৌইগুম্মসুং খুংগুগী মৈ মহীনা
হৌরকলে চেঙ্গুরকপাঃ

য়েংচু—
মথুন্দগী পার্টি মৈগী চৌংবী
চেঙ্গুরকলিবসি।

জনুয়ারি ৯ ।

* গাপোন ( Gapon ),

"মীয়ামগী মরুপ,"

চুমখোরকলে ।

চংশিল্লে ঐখোয়ম

নোংমৈ কাপনবদা ।

চাওরবা রারীশিং

জার নিংথৌগী খোজালগী রারীশিং

লোইখ্রে ।

* মুকডেনগী ইরুপুদা

অমস্থুং * সুসিমানা মায়থীবদা মরুফংনা ।

মতিক চাই !

লৈহৌদ্রে থাজবী অমত্ত

অপংবা রারী লাইরিকী ।

---

Gapon: On January 9, 1905. the gendarmes, killing hundreds, scattered a peaceful manifestation carrying a petition to the tsar. The priest Gapon, its leader, had organised a whole system of police sponsored workers' circles, spreading the belief that the tsar was unaware of their miserable conditions.

Mukden, Tsushima — sites of land and naval battles in the Rosso-Japnese War (1904-5) where tsarism sustained military defeat from the Japanese: One of the main events that set off the revolution of 1905, disclosing the decay of regime.

পান্নখিত্রে প্রেজনিয়ানা
খুৎলায়
লাও-খোংবা তৌবা নত্তনা।

মাল্লে মচুনা
সিংহাসন —
থুদেকখিগদবা মরক্ত
খুদক্ত
বুর্জুৱাগী চৌকি য়াওনা নুংঙাইরবা।

লৈ ইটক্লিচঁতি মকম খুদীংদা।
মুংতি মুমিং খুদীংগী
লাম্লেংনৈ মহাক্না
শিন্মীশিংগা লোয়নবা
১৯০৫ গী মন্নুংদা,
লেপ্তুনা মনাক্ত
বেরিকেড খুদীংগী মথক্ত
পুক্নীং থৌগৎলচুনা
কালহৌ অহুবু
মহাক্কী থৌনা অমম্ুং শক্তিনা।

তৌইগুম থুনমক
লাক্লমই লৌনমচাওবা ঠোক:
হে প্রেস্টো!

* Presnya: Industrial district in Moscow where the street fighting began in 1905.

অঙাংবা রিবোন্না
শাংলে ফুপায়না
লৈশাবী অমগী খজাইগুম ভঙাংবী।

জায়না
মহাক্তী বেলকোনিদগী
পাথোক্লমই মেনিফেষ্টো

অহুদগী,
"নিংতম্লবা" মুংঙাইরবা হাপ্তা অমগী মচুংদা,

বক্তৃতাশিং,
ঈশৈশিং,
পীবগী, শকপগী হরাউ মুংঙাইববু

রূপশিল্পক্লমই
তমথীরবা ভোপকী

য়াক্লবা খোনজেল্লা:
ঈগী সমুদ্রদা শিম্মীশিংগী

হোল্লে হীরেল মরম চাদ'তবথী মীহাৎপা
এডমিরেল *ড্যাবাসোব।

মায়থোংশিংহুদা শিংচিল্লু তিন
কান্নরব অঙৌবশিংহুদা

ঐখোয়দা ঙাংলিবা চেকাগী মরমদা
ঈরম ফাৎপশিং!

উহল্লমগদবনি মথোয়বু
কয়াদা কন্না লাকশল্লকখিবা,

শিন্মীশিং
শিখিবা অরেম্বদা
লীশিং লীশিং।

ফল অদো ওইরমদে অফবা।
রাখল লৈবা লান্না থৌশিলবশিং

হন্দোকখিরমই,
য়ৈশিন্দুনা লৈখিরমই অচিকপদা
অমস্তং ওইরক্লমই মরিল লৈতবা,

থোঙলোনশিন্দুনা লৈখিরমই
মোমবত্তি থান্দুনা

থারমই ধুপ মনম মুংশিবা,
ফত্রবা ঈশ্বরগী থৌজাল নিবশিংনা।

কমরেড প্লেখানোভা মশামক ফাওবা
হায়রক্লমই মমৈ চোনবা খোনজেন্দাঃ

"মরান্নি মসি বোলসেবিকশিংগী ;
থোকহনবনি থাইয়ারনা চমম্বা অসি।

পাযখৎলমত্রবদি খুৎলায়
মতমতুদা

চেল্লমলোই ঈগী ঈচেলস্তু, ,
ঈচেল নাইখিবদো
ঈগী পুক্রিদা।"

তৌইগুম
থোনাগা লোয়নবা মহাক্কী
লৈখা তাক্লবা কৈদৌন্নুং
নিম্না
ককলমই
চীরোল তৌবশিংগী বাতাং
" ও অহুরা ঐখোয়না তৌগদবা —
লম্মন শিংগনি ঐনা মুতিগী
হেন্না পুক্নীং বাখল লেপ্পা—
অতুগা শোয়রোই মসি কৈদৌন্নুং।
ঐনা উরে
অনৌবা ঈথক্কী পুংজা অদো
থুংঙরে হন্না
থোক্লক্লবা
শুরি নোমলিবা কাংলুপনা।
মতে ভাকদবা,
লাল্লাবনি
হুমললকদবা
মোংলৈগী স্লোগানগা
মীয়ামগী।"
চহি অদো মংলাক্লখিবা
ঈগী সমুদ্রদা ঈক্লপখিবা
মীহাৎ অদো মরাল লৈতবা
শিন্নী মীয়ামবু
লালহোবা মিলিয়ন্না —

লাক্লগনি
অমসুং থোরক্লগনি
পল্লা ওইরক্লনা থোরাংভৌবগী
লানগী নোংলৈ অমগীদমক
ভুংগী লালহৌশিংগী।

*

অমুকন্থ হল্লা
লেনিন
চৎলে লোই তাকপিনবা,
তম্বীনবা ঐথোয়বু
লাকলিবা লানকমগীদমক,
তম্বীহনা মীয়ামবু,
কংলে মশামক জ্ঞান-লৌশিং,
থোমজিন্দুনা অমুক হল্লা পার্টি
থৌনা মাংলবা মপা ওইবগী অমসুং মচেৎ তারবা।
চহি মৎং মথং
চৈকু অতু ল্লাংথবলক্লমই:
মৈরিক অম
মতুবু মীয়ামনা
থোকহল্লে মৈরি হল্লা।
অতুদগী লাক্লমই
চহি
মতুনা ঈথোকপা মৈরিতুবু—

১৯১৪

অকনবা চৈনাগী লোয়নবা।

থুক লাওই মচু

থবক কুইনা তৌরকলবশিংনা

নাল্লদুনা মকোই

নাপল তৌদুনা

তৌশন্ন ৱাঙাংলকপা

চন্নত্রবা লান্নাবগী মরমদা।

তৌইগুম অচৌবা অসে

পৃথ্বী থুংনা

শোয়দংলবা শাদোংগী নীলাম —

চাংদমনগদ্রা করম্বা

* পোল্টাভা

নত্ত্রগা

প্লেভনাগা ?

ইম্পরিয়েলিজম

মহাক্কী মোংলবা অমদি ম্নাথি থাংলব

শাওৱে মরাল লৈরবা ময়া,

ঙংলত্নুনা অমস্নুং ঙংশায়নরত্নুনা,

হৈনরে লৈবা

ঈগী সমুদ্রদা শোইহল্লত্নুনা ব্রোং ব্রোং,

* Paltava [ Ukraine, 1709 ], and Plevna [ Bulgaria-1877 ] cities near which big historic battles were won by Russian forces.

চৎলমই য়োৎশিন-য়োৎশিন্দুনা
নৈবাক মথং মথং।

কোয়শিল্লি মহাকপু,
চংজফম ফংলবশিংনা মুংঙাইনা
সমাজ সেবকশিং অমসুং চীরোল থারোম্বশিং।

থাজংলহনা রাংনা
খুৎশিং
লৌনম নমথাক্লবশিং,

খোংই য়োংজাওশুম
তস্ত্রিবা কাওবা মা খুদীংন' তাবাঃ

"শিল্পীশিং —
লাস্থৈ'নৌ —
য়েক্লবশিংগা!"

পৃথ্বী অসি ওইরে
চন্দ্রবা য়োংকী মপৈ
পৈশিল্লবা অস্তুম অস্তুম,

তোংশিল্লবা মীগী শোয়দংলবা শাদোং
অমসুং তকখায়রবা শরুগা।

মরক্তা
পুম্নমক অসিগী
অঙাওবগী ময়ুম

লেপলি * জিমমারবাল্ড — ( Zimmerwald )

মতোমতমক

রাখল তৌ মুন্না।

নিংশিংনরবদি মতম পুম্বদা

বক্তৃতা অহৃনি লেনিন্না পীখিবা

চরাংন-লাংলিবা পৃথ্বীগী মথক্ত

খোঙ্হাং রাংলবা

খোনজেল অমনা

হেন্না হৌন-নিন্না

তোপকী খোঞ্জেন্দগী হেন্না,

রাখলশিংবু মৈরাইহন্দুনা —

মৈ পুম্বমক্তগী হেনবা মৈরিনা।

নাকন অমদা

মী মিলিয়মনা

চিংশিল্লি থবক্লা

লানগী

পুরক্লবা জয় ওইবগী ফিরাল

মমাংদা,

অতোপ্পা মায়কৈ অমদা —

মায়োক্তা

বোম তোপ অমস্তুং থোরবা থাংগী—

* Zimmerwald [Switzerland, 1915] The international socialist conference held in Zimmerwald took a resolute stand against the imperialist war.

লেপলি মী অম
ইচম চম্বা
কীবম অমদি ফিজোলগা।

সিপাহীশিং !
বুর্জ্জুরাগী মওংনা
ভৌরে নমথাক নংবু, অমস্থং য়োল্লে,
থারে নখোয়বু হাংপদা
লীশিং অমরক মমাংদা।

ওকলে মচুনা !
তাও করিনো ঐনা হায়রিবসি:
ওন্থোকউ লাল অসে
জাতিশিংগী মরক্ত
সিভিলরার ওইনা।

করিগীনো ঐখোয়না;
মীয়াম্বা,
মরৈ য়েৎনচুনা লৈরিবা ?

লোইশিল্লো
শক্লোনশিংসে অকিব;
অশোক অপনশিং
অমাং-অতাশিং।

থাক্ষংলু রাংনা ফিরালচু—
নিংতম লালগী অশেংবা

মাংয়াক্তা
পৃথ্বী থুংনা লৈরিবা বোসশিংগী !"

অমুম্বা মাল্লি তৌরকদবা,

অকিবা কং-তময়ীনা পোকথায়রকদবা

তোপ অচুনা থিংঙমদনা

থোমদোকলগদবা মহাকপু।

কনানা পামগদগে মতম চুপ্লদা

ইম্বু বা ওম্বা মীওইবা ইরায় লান্ননা ?

নিংশিংবীগদগে কনানা

মহাক্কী মমিং ?

" চংজৌ !"

খেকথরি লৈবাক অমনা লৈবাক অমদা।

চহি .লীশিং কয়া

লান্থেংনরকলবগুম মখোয়না য়েংলি।

লোইশ্রে পুম্নমক অসে মমৈথংদা,

অচুগা য়েংঙু,

লৈহৌশ্রে কনাম্ব মায়পাক্লা

নত্তুনা মী অমখক—

কমরেড লেনিন।

ইম্পারিয়েলিজম,

কম্নাদা ফখিদ্রবনো নহাক অসে!

চোকথহন্নে নহাক্না থাংবা কনবা ঐখোয়গী,

নোংম মতিক চারম্বা চুভকুম।

লালহৌগল্লবা
'রুসিয়ানা
য়ৈথরে নংবু—
Tebriz দগী Archangel ফাওবা।
সম্রাজ্য অম হায়বসে নত্তে য়েনবী—
নত্তে কাগী মচুবু লাকশনবা,
মকোক অনি পানবা,
শক্তি চলাইরিবা,
কোচি চিনবাল্লবা উমাইবীনি।
অচুম ওইনমক
ছন্দোকলে ঐথোয়না
চমত্রবা চুরুপ মথিগুম
মখোয়গী শাগৈ-নাতৈ
লাং-থাক পুম্নমক
আইন কানুনগা লোয়ননা।
জাতি চুঅসিনা
থোরক্লে লম্বী কাত্তুনা লৈখোম লক্তুগী,
চাওরবা,
চরাম চাদংনরবা,
মথক্ থুংনা ঈখেং তৈরবা—
চংখ্‌গনি মচুনা
থিরুচুনা লৈবাকহল্লাই মৈমুংদগী
বুর্জ্জুরাশিংগীদমক্
নত্রগা
চংকত্রা মচুনা সোভিয়েটতা?

" মীয়ামা
থুগায়রে — থদংলে
জারগী জিঙুর য়োংহিলং।
শৌরে রুসিয়া ব্রোং ব্রোং,
চাকলে মৈ মৈরি ফনা রুসিয়া!"
লেনিন্না পাই
খবর চে সুইজারলেণ্ডদা
মতমতুদা মহাক্ত লৈরিবা।
তৌইগুম করম্না খংগনি পুন্নমক
খবরগী চে মতংতগী ?

আ,
এরোপ্লেন অম
পাইননবা অতিয়াদ—
ইয়ুম লমদমদা,
তেংবাংনবা
শিন্নীশিং লানকমদা—
মতুথক্ত ওইরমই
মহাক্ত খোয়াংবা অমস্নুং চন্নফম লৈবা।
মমৈথংদা
পার্টিগী য়াথংনা
মহাক্ত চথরে পন্দনা।
খংলম্নবদি
মীহাৎ কনবা * হোহেনজোল্লর্ন মস্থ

*Hohenzollern: dynastic name of German kaiser Wilhelm II

জর্মন পোং পুবা গাড়ীদা
জর্মন শিল নমহুনা
পুরমই হায়বা
বোম অম
মহাক্কী লৈবাক্কীদমক!



পেট্রোগ্রেড সিটিজনশিং
চোংলি হৌজিকস্থু
হরাউরহুনা
মুংঙাইখোল্লাওগা কুইরোইদবা।
তৌইগুম মার্সিয়েলদা
য়েৎপ্রে অভাংবা রিবোন,
কাম্নদবা লৈভেং ওইহুনা,
ভ্রুং ভ্রুং নিনপ্রে * নেভস্কী
জেনেরেলশিংগা থাজনিঙাই ওইদবা।
মথং থা থরদা
থুংলগনি মখোয়না পন্দোলা
মহুনা লাক্লগনি
পুলিশশিংগী ছইশেলদা।
হাকচরে বুর্জুরা
মহুবু হৌনবা হোৎনবদা,

* Nevsky: (Nevsky Prospekt) central thoroughfare of Petrograd.

য়ুংখংলে মতু
শাগী মনমদা হৌরিবা।
অহানবদদি
ওইরমই ইচম চম্বা ভামহা
নোক্নিংবা কনানা
অমুদগী চংশিল্লকুলে
অচৌবা শার্ক ডা ওইহনা
য়োংননবা
জাতি অসিবু।
মথংদা
ডার্দানেলস্কী,
* নী মিলিয়ুকোভ,
মমৈদা * রাজকুমার মিখাইল
খোঙাংলে সিংহাসন কানবা।
শিজিন্নরে শক্তি * প্রেমিয়ার
অরোনবা থোনাগা লোয়ননা:

* Dardanelsky, (nee Milyukov:) One of the leader of Russian counter revolutionary forces, during World War [1] advocated war until victory and annexation of the Dardanelles Straits.

* Prince Mikhail: brother of Nicholar II, made claims to the throne immidiately after the tsar's abdication.

* Premier: [ Premier Kerensky ] A. F. Socialist-Revolutionary. from July 1917 headed the bourgeois Provincial Government. In August 1917 Premier Kerensky ordered Lenin's arrest, secretly planning his murder.

থিগৎলরোই নখোয়গী কমিসারশিং কনা অমত্ত।
শকই ঈশে নুপাগী খোনজেন্দা।
মেংনা নুপীগী খোনজেলগুম,
রাংখংলি খোমজেল রাংনা রাম্ব্হল্লি
ডার্লিং অহুনা।
অহুম ওইনমক ঐখোয়দি ভংখিগ্রি মহাউ
অরাবগী মচেৎ অমা ফাওব
ফেব্রুয়ারিগী
নিঙ-তম্বগী অঙকপা মতৌ
" চংলো লানফমদা
শিগ্মী মীয়াম পুম্নমক!"
নহারোল লাম্মীশিংনা
হৌরকলে চংশিনবা ঐখোয়দা।
অহুগা লুহুপ থোন্নবা
তসবীর অসিগী
মাংলক্লবা ফজবদা,'
চিরোন খারোনবশিং অমসুং অনি লোংবশিং মায়খোং
মমাংদম্ব মতুংদসু,
**S. R.** অমসুং *সাভিনকোভস (**Savinkovs**)
লৈরমই ভাঙাওাইবগী থবক্ত

* Savinkovs (Boris Savinkov) one of the leaders of the S R. Party; after Revolution headed several counter revolutionary plots.

*মেনসেবিকসেশিংগা লোয়ননা
*ঙাক্নমলিবা হৌদোংগুম।
ইথং থংহৌদনা
সহর মঙ্গংদা
কপলাওবনা থল্লকলে
পাক চাওরবা নেভা তোর্ব্বান
য়াংমদগী,
ফিনলেগু ষ্টেনন্দগী
ভিবোর্গ চিদাই য়োনা
ঙংলরে
টেঙ্ক অম।
অমুক হন্না
কল্লবা মুংশিং অহুনা
শিংলকলে য়াংনা,
তিন্নখ্রে নোংনৈগা
হুমলিবা রিভোলুসনগী।
ফিশিং, টুপীশিংনা
ঈচাওখ্রে লিতৈনী ( Liteiny )
" লেনিন নৈরে ঐখোয়গা !
পুন্সিবা ওইয়ু লেনিন !"

---

* Mensheviks: opportunist minority, in the Russian social Democratic labour party. *The Tell Tale-Cat: Foklore cat that could speak and tell stories.

* Liteiny [Liteiny Prospekt] one of Petrograd's main streets.

" কমরেডশিং, "
কোক ময়ামগী মথক্ত
খুৎ লৌশিং খুরিবা খুবাক
চংশিল্লমই মাংদা
লমজিংবগী খুবাং
ভিংথোক্লমই মহাক্ল.

" লংশেকপ্রসি ঐখোয়না
মল্লবা লাংথাকশিং সোসিয়েল ডিমোক্রেটীকী
থিনগায়সি শেনজাও পায়বশিং
হোয়াকবশিংগা লোয়ননা
তকথায়রসি উফুলথোক্ল।
ঐখোয়না লাওরি
অনিংবা অপাম্বদো
হুমাং ঈরিনরিবশিংগী
অমস্থং
লৌমীশিংগী
পৃথ্বী পুম্নমকী।
পুংজাহু হৌজিক্লি।
শেমগৎ শাগৎলিবশিং কম্যুনিজম পার্টিবু
হিংসন্নু মতম কুইনা,
হিংসন্নু কুইনা
খুংলাইগী লাম্ফেংনা
সোভিয়েট শক্তিগীদমক।"

অহানবা ওইনা, মতম চুপ্পগী ওইন।

য়াওদনা খুদোংথীবা

অঙকপনা শুমহৎলবা সাগরগী মাংদা মীয়ামগী

হৌগৎলকলে সমাজবাদ

নোংম ফংঙমখিত্রবা

থবক অমগুম ভৌগদবা চাং নাইনা।

মফমহুদা,

খেকথরিবা ফেক্তরিশিংগী য়াংমদা,

মফমহুদ', অহাংবা মালংদা

অকনবা শক্তিগা লোয়ননা

ঙাল্লি মসিনা

ঐখোয়গী মাংদা,

হয়েংগী কম্যুন্না

য়াওদনা বুর্জ্জুরা য়াখল চেনবা

প্রোলেটরিয়ানশিং

মীনাইশিং অমস্তুং মবুঙোশিং।

হোয়া ফবা মীশিংগী

থৌরী লাং অকনবা

লাক্লমই লেনিনগী বক্তৃতাগী খোজেল

য়াম্থৎলহুনা শীংজং অমগুম,

কৌরহুনা লাও খোংবা

মীকুপ খুদীংগীঃ

" অচুম্বনি,

লেনিন !

হৌজিক্কী মতম থবক পায়খৎপগী।"

কোমুং *ক্শেজিনস্কায়া,

শাগৎখিবা মীয়ামবু লৈহৎত্নুনা,

লান্দারে ভসিদি

বুটশিংনা

য়োংকী খুমিং পাল্লবা।

মফমসিদনি

চেনশল্লকখিবা ক্শেজিনি ময়ামনা

লেনিনগী য়োংশঙদা

মথৌ হাপ্লবা

অমস্তুং

য়োং ওল্লবা।

"উনশায়নহৌরো নহাক্কী হৈরাং,

শোলহৌরো মুরুম-মুরুম!

লোইরে নহাক্কী মতম,

হে বুর্জুয়া!"

হান্না হংগ্রবনি য়াহং ঐখোয়না

মরমচু করিগীনো

কনানো মখোয়গী মরক্ত

মপু ওইখিবা,

গ্র. গ্র. খকচল-য়োংশল্লহনা,

* Kshesinskaya: prima ballerina of the Mariinsky Theatre, the tsar's favourite, whose palace, a present from the tsar, was taken over by the revolutionary masses.

অহুগা, * জুলাই ড্রেস রিহারসেল মতমদা
তিকি হৎখিবা মখোয়গী পুক্ত
মোংমৈ চিন্দোন্না।
মবুংঙোশিংনা উৎখি লিনগী ময়া,
মখোয়গী মীৎয়েংনা মীহাৎপগী ইরাং য়াওরবা;
"মীনাইশিং, ইরাং থোকহল্লিবা,
য়েংলো নখোয় করি থোকপনো!"
খেকথরক্লমই অপ্পুন্না।
"থম্মু লেনিন শারংদা!"
ইরমই য়াথং কেরেনস্কীঃ
"থমউ জেলদা জিনোভৈভ।"
অহুদগী পার্টি
লৈগ্রে অন্দরগ্রাউণ্ড।
ইলিচ থুংগ্রে ফিনলেণ্ডগী
রাজলিঙতা
অশোয় অঙাম য়াওদনা,
লোৎলহুনা ঙামদ-শোয়দ
শকলোন ওন অমদা।
ওবলোই মহাকপু মাংহনবা
লমহুই কাংবুনা চোংশিন্দুনম্

* July: on July 3-4, 1917, Petrograd workers, soldiers and sailers held a peaceful demonstration demanding complete transfer of power to the soviets. It was despersed by gun fire at the orders of the Provincial Government.

শেগায়গদবগী মচেং মচেং।
লেনিন ঊবা ফংদে,
অতুম ওইনমক লৈ নক্লা,
থিংবা ঙমদে মাবু—
থোঁদোক অমত্তুং মত্তমনা।
স্লোগান খুদোংমক
রাখল্লি লেনিনগী,
খোঙজং খুদোং
লমজিংই
লেনিনগী খুবাংনা।
রাহৈ খুদোংমক্লা লেনিনগী
কংহল্লি লৈহাউ খ্বাইদগী হেল্লবা
চংশিলহল্লি মাংদা
পুখংলি ঐখোয়গী মরম্মু,
অতুগা য়েংঙু —
নাক-য়েন্ডা
লেনিনগী কর্ম্মীশিং
লৌমী মিলিয়নশিং
চংশল্লিবসে মহাকী লম্বীদা।
অসুম্না লৈবসি নত্তে কন্নি মরমগী
কাননবনি বেরিকেটশিং,
খল্লহনা নোংম
সুমিং মন্নামগী মসুংদগী —

হল্লকলে লেনিন পেত্রোগ্রেডতা
পাংননবা মভেং শিল্পীশিংদা
ব্রাইহেশিংশিগা লোয়ননা॥
"কমরেডশিং,
খাংলে ঐখোয়না খাংবা য়াবা মতিক!"
"কেপিটেলগী পাবোংচৈনা,
মস্থরকলে লাইরবশিংদা,
লান্দ ডাকুগী থবক
অমসুং হয়ান চিস্থোগী অথিংবা
লৈহৌরগনি
মায়খোংদা ইবেনপোক ইতিহাসকী
থৌশাররোইদ্রবা শমক্র অমগুম।"
হঙ্গৎনা য়েংবদা
লাকদবা মতুংদগী
হৌজিকী মতমদা
অহানবা উবা মুর্তি
ওইগনি শোইদনা লেনিনগী মুর্ত্তি,
চহি চা কয়াগী মীনাই নাইথাংগী
লম্বীবু ভালহনখিবা
কম্যুনগী যুগ কাওবা
অরা অনা অরাংপগী মরক্তা।
চাহিশিং অসে লনাই-নাইভোম ইশাগী
লুপগ্রগনি হৌখিবা কৌবা সমুদ্রদা

অহুগা, কম্যুনগী মুংশান।
মুংঙাইরগনি ঐখোয়গী পৃথ্বী,
অহুগা,
মুংঙাইবগী উহৈ অচৌবা
মুল্লগনি কায়নথংদা
ওক্তোবর লৈরাংগী
তঙাংবদগী।
মহুদগী
অপাবশিংনা লেনিনগী য়াথং,
মচু শঙলবা লমাইশিংদা
মখোয়না পাক্লবদা পুক্নীং চংনা,
ফাওগনি অশাবা ঈথিল
থনগৎলকপা মখোয়গী থম্মোইশিংদা;
শিঙ্করকনি অশাবা পীরাং—
মখোয়গী মীৎমুদগী
মতম কুইনা শীঙ্করক্লবা।
য়েংবা মতমদা ঐন।
থ্বাইদগী হেন্না অচৌবা কুমিৎ অমা
পুন্সিদা ঐগী,
থিরহুনা খুদীংমক্ত
ঐনা থেংনখিবা অমম্লুং উথিবা।
মিং পনজরি ঐহাক্না করিঅমত্ত চিংনবা য়াওদনা
পুক্নীং শিংকাশ থাদনা

ওক্তোবর ২৫, ১৯১৭।

স্মোলনি পীং পীং চোংব্রে

চরাংমবনা ঙংলহুনা!

গ্রেনেডশিং য়ানখ্রে

অহাঙণী মীশিংদা

উচেক চরোং য়ানবগুম।

শঙ্গীনশিং লেংবদা

নোংখাঙ কুপ্পগুমখ্রে।

মখাদা লৈরিবা মেচিনগন [*]পান্নবশিং

ফাজিনখ্রে পেতি নোংমৈ মরুণী।

মাঙ্গোলদা চৎলিবশিং

নোংমৈগা বোমগা

কনা'মক্ত ওইদে

মরম লৈত চৎপা,

য়াওদে কনাসু অনৌবা লাম্মী।

"কমরেড ষ্টেলিননা

উন্নবা পামই মহাকপু।

মসিনি য়াথং:

টেঙ্কশিং —

জেনেরেল পোষ্ট অফিসতা।"

"কমরেড ট্রোটসকীগী

য়াথংশিং"

"করে!"

—চেনখৎলে মহাক মাংদা

---

* Smolny: Historic Building accommodating the Petrograd Soviet, head quaters of October uprising.

অদুগা মুপান্থগী নেত্তী রিবোন

হাইরমই:

ওরোরা।[1]

কনাগুম্বা খরনা চেল্লমই তহা,

খরনা য়েংনরমই মরৈ,

খরনা

পানল্লিমই রাইফল বোল্ট—

অনি পুন্দে কনা

মান্নবা খবক্ত।।

নৈতে মফমসিদা

খুদম অচৌবা ওইবগী

নত্রগা

অরাংবা থাকী,

খোঙথাং য়াংবা

পংনা উবা ওনদবা

লাকলে

লেনিন।

লমজিংলরে লেনিন্না

লানকমদা,

খংদে মখোয়না মাবু

অয়েকপা যুর্ভিদগী হেন্না;

লাংনরে,

লাও-খোংনরকলে,

অরাই-অথুমনরে,

* Aurora: Famous battleship whose salvo signalled the beginning of the Revolution.

মৈগুম য়াঙলবা ৱাশক্কা,

য়াম্না নুংশি চান্নবা।

মকমত্তুদা,

মতম কুইনদগী শাগৎলকলবা

য়োংকী নোংলৈ মরক্কুদা

লেনিন,

মায়থোংমক চোকথবনা,

হৱাং-হন্দা,

চৎলমই

খুবাং অনি ছুংপুন্না'

য়েংলমই মহাক্কী মিংনা

য়ামলবা মীয়ামগী দৃষ্টিদো।

নোংম উথি ঐনা মাবু

মীশক অমগুম খদাংচেং লাকশল্লবা

থাংনা থিগ্লবা মখোয়বু,

হাংলগে মতাগুম,

খোৌরবা ময়ানা

শম চারবা

পায়শল্লত্তুনা মতোং

চপশনবগুম পোং শিজনা

চিংখোকলমই থরাই

মহুংদগী ৱাহৈ অমসুং ৱাহৈ পরেংশিংগী।

ঐহাক খঙলে,

খুদীংমক হাঙদোকলে

অমসুং জ্ঞান ভারে,

খুদীংমক

মীৎশিং অহুনা

উনিংলিবহু:

কদাইদা লৈবা জহাজ শাবনা
কদাইদা লেপলি খনি তৌবনা॥

কন্নি-গীনো ৱারিবা
লৌমীশিং, লাম্মীশিংনা।

থমলমই মহাক্তু কাংলুপ খুদীংমক
মীৎয়েংগী মনুংদা মহাকী,

মহাদেশ পুম্নমক
নুমিৎনা থোক্লিবা
অমত্তুং ভাল্লিবা;

হাপচিল্লমই পৃথ্বী মপুম ওইনা
মহাকী কোক মনুংদা
হুমিদাংদা

অহুগা অয়ুক্কী মতমদা॥
"মীয়াম পুম্নমক্ত
অমত্ত চিৎথদনা,

ইনাক খূনবগী মনাইশিং
অমগা অমগা
ককথৎনরিবা থিনদৎনব্রিবা;

নঙোন্দা ঐখোয়না হায়ব্রি
পুংজা অসিদা॥

* ডেক্রিজ ( Decrees )গী লেয়া
হৈথরকপা মর্তমদা মথিক্ত
চাকথেকহল্লহুনা ;
ঙসিদি থংলে ঐখোবুনা
কনানা উংখিবগে কনাদা
করিনা করি
লাইরিক হৈতবশিংগী থম্মোইশিং কাওবা
কংলে মথোয়না
লেংলম্লোইদ্রবা বারেপ্তা
মৈইকপা।
অনকপা মকমদগী
থাপলবা কাওবা
মসিন চংলমই গুল্লহুনা,
কাথংলমই চিরোল তৌবদগী
ঙংলিবা অম কাওবা:
"শান্তি খাংপোকাশিংদ
বাদা তপাদা।
লাল মকমশিংদা;
লাল, লাল, লাল।"

---

* Decrees on Peace and Land Decision on the Formation of a workers' and Peasants' Government — the first to be issued by the revolutionary authorities.

( Decree: Order given by a ruler or authority and having the force of a law. )

লাঙ্গেংনরমই ঐখোয়না

কেক্তারি খুদোংমক্তা,

ইচম চম্বা অমম্ভুং মখিং চৎলব,

নীকথোকলমই মখোয়বু সহরগী রাংমদা কৌমানগুম,

মপান্দদি

ওক্তোবরগী লম্মৈনা

থম্মমলে মৈহৌনা শান্দোক্লবা লৌচা

খুদম ওইবা লমথৈগী

হকলমলে—

লাঙ্গুংম্বগী খোঙকম।

লৈবাক অসি -

নোংম ওইরম্বা ফকচাও

অকনবা চৈঙ্কম—

থংহৌদনা মুমক্রে

থম্মোই কনবা খুবাংনা

সুরেলশিংগা লোয়মনন্না,

চীংশাংশিং

লন-থুম পুম্নমক

পারক্রে চেংনা—.

কুইনা মঙলাক্লরক্লবা

ঈক্লপক্লবা লৈবাকুসে।

মশা মানবা কলম পায়বশিং,

শিংচিল্লে তিন তুকচনা,

বিলহেলমগী বুটনা
হেম্না লৈবগুমলে মপাঙ্গল নিকোলাজদগী,
থুগায়গদবা মাল্লে লৈবাকসে
শীংগুপ শানা।
মহুদগী চংলক্লমই এসঃ আরঃ
অপংবা ৱাংাংগা অঙাংগী,
কাননবা লানজংবশিংবু
'মাঙৈ চাদবা ৱাহৈগী লাংন',
তাম্থোকপ্রে অমুক
শাম্নপোংকী থাঙশাংগা
শগোল লাম্মী মপৈদগী কায়-তোয়রবা
নিংথীজনা মায়থীবা পীরে
য়োংকী কীজোম্নবা হিংচাবশিং।
তৌইগুম লেনিম্না
চিন-মেল্লে কাওনকনবা ম্নেনবা
"পার্টি অসিনা
পুগদবসি
পোংলুমসি হন্না।
লোগনি ঐখোয়না
শরগী লম্বী
মোংলবা * ব্রেষ্টকীঃ

* Brest: The young Soviet Government was forced to sign ineguitable Brest Treaty with German, which lasted only until Novembr 1918, when the revolution in German overthrew the Kaiser.

টেরিটোরি মাংগনি ঐখোয়গী
অদুবু মতমদি ভোংগনি।"

অদুনা,
"খরগী লম্বীনা
হাংলোই ঐখোয়বু,
ভমগনি মমৈদা
কাওখোকপা মখোয়বু অপংবা,
থকশি-খাশি
অমদি জ্ঞান ভাবনা
ওইরসনু ঐখোয়গী লমতাকপশিং
মরম'তুনা পুনশিল্লো
রেঙ্কদা
রেড আর্মিগী!



ইতিহাস কারশিংনা
ওক্লা য়েংলগনি
অয়েকপা লাইদা * হাইড্রাগী
"হাইড্রাশিং অদুবু অদুগুম্বা
লৈরম্বা নক্রগা লৈরমদবরা?"
ঐখোয়গীদমক্তদি,
হাইড্রাদুমক্তা চাও-শাংলবা
ঐখোয়বু ফারম্মী চিকথারনবা।

* Hydra: — — Posters with hydras — Cartoons of the Civil War depicted imperialism as a many-headed monster out to devour the Soviet Republic.

( Hydra :— কোকলোংবা ককথৎলিবমখৈ চোংথৎপা জিন )

" খুদোংথীবা পুম্নমক থিংগনি ঐখোয়না,
ঙমখৈ নৈতে ঐখোয়গী থৌনা,
শিগনি ঐখোয়না লালথেংনবদা
লিংখৎনবগীদমক সোভিয়েটকী শক্তি !"

অহানবদা লাকলে * ডেনিকিন।

মায়থীরে ডেনিকিন।

হৌরে শেমজন শাজনবা

য়ুম-কৈ লান্না মাং-তাকহনখিবা।

নৈশিল্লকলে * রেঙগল

ডেনিকিনগী তুং ইন্নুনা;

কাওথোকখ্রে বেরোন,

* কোলচাক লাকলে মীয়ামগা।

ঐখোয়গী চাকলেনশিং

ফমুংশিং শাগংলে কং কং

অতুম ওইনমক চংশিল্লমই মাংদা

অঙাংবা লাম্মী হুশন্দোক্লুনা।

মী খুদীংমক্ল নৈ লেনিন্দা

খুদীংমক্লা কাওই লেনিনগী রাখল,

* Denikin: General Denikin headed the first whitegaurd ouslaught from the South ; soon after his defeat, Baron Wrangle entered the Ukrainian steppes from Crimia.

* Admiral Kolchak led the white armies bared in Siberia with equipment and financial leaking from abroad, they successively and simultaneously attempted to smother the Soviet Republic, the results of which are known.

লানফম অমমমনা
মাইল লীশিং তরামাথোই শাংলবা।
মহুনা ওইবরা মহুগী মরাক -
মাইল লীশিং তরামাথোই,
অহুম ওইনমক
কনানা খংগনি
মহুগী মরাক-মযুং !
থোঙ খুদোং
য়েক্লবনা লাল্লুমগ্রে,
য়ুম খুদোং
লৌশিন্দুনা
থকগ্রে ঈ অমম্মুং পাঙ্গল।
এস: আর., অমম্মুং নিংথৌ লৈহৈম্নিংবশিংগী
ব্রাঙাং অমম্মুং নোংমৈ মমুনা
চিকলে
হু কানা শাহুইগুম।
নহাক খংব্রা লম্বীহু
মিচেলসনগী ?
ফংগনি নংমা মহু
ঈথেংদগী
শিন্থরকপা * লেনিনগী অশোকপদগী।

* Allusion to an attempt on Lenin's life by the S. R. terrorist Kaplan who chose the movment when Lenin was leaving a workers' rally at the Michelson engineering works in Moscow, August 1918.

মায় পাক্লে ঐখোয়না
তোইগুম ঐখোয়গী জহাজ অহো-অয়াক্ল থল্লে,
হকচাং তেঁকলে, কায়রে,
ঈনজিনগী অরোইবা নকলে,
শেমজন্দবনা শীদোক্লে
লৈমায়শিং
সিলিংশিং
ককলাংশিং।
লাকঅো,
ফুজিল্লো রেপিং,
শেমজিল্লো
শাজিল্লো।
কদায়দা লৈরে হীথাংকম ?—
মৈরা খুদোংমক মুংগ্রে বন্দরগী।
ঙামথরে ঐখোয়গী মাস্তুল
ঈপাকসে লানবদা।
অকিবা লৈরে লুপখিগদ্রা হায়হুনা মহাক
ময়েপ থুমনাঃ
মিলিয়ন ১০০ গী
লোমী কাংলুপকা:
মতমতুদা য়েক্লবশিংনা লাও-খোংলিবা হয়াউহুনা
কল্লক-য়েংথীবগা লোয়ননা—
লেনিন মতোমতমক্ল
মীংশিং - নাশিংনা তায়মই জানা

লৈশিল্লমই মহাক্কী পোক্ট কুন হিংগদবা মায়গৈদা
অহুদগী মহাক

মুংখৎলমই অচুম্বা লম্বীদা
চংলমই বন্দরদা লৌশিং অমনা।

খুদক্তং,
ইওক ওক্লা
লৈখিদ্রে অকিবা ;

লৌমীশিংগী তলগী পাড়ী—
খোংথাং খুদীং

খেংনরে নিংখিরবা ম্রাহৈশিংঃ
WILL BY
FOR SALE

—NEP*

মমিং কুপলমই লেনিনঃ
ঐখোয় শেমগৎ-শাগৎলগদবনি।

শীজিন্নরো চাংদম্বা কুৎচৈ—
কৈতে করিস্থ কীগদবা।

তোর্ব্বাগ্র।
থিংলে ক্রিউ,
তেক কায়বমা মশাঙ্গল শোল্লবাঃ

---

* NEP :— abbreviation for the New Economic Policy proclaimed by Lenin, envisaging temporary permission of free private commerce, purposed to help the economy recuperate ; the key positions in the economy being retained by the proletarian state.

তৌইগুম শোন্থহল্লে মপাঙ্গল
পুন্নমক্তুগী মথক্ত নোংমৈ মকুগী,
অকিবা অমনা
হৌরকপে কোয়শনবা
টাইফোইট লায়নানা
অমম্থুং চাকতাংবনা।
য়েংঙু পৎ-পুন্নবা পোৎশিংদা
ভোংলিবা হয়িংশিংঃ
হেন্না য়ামখৎলে
কনখৎলে মপাঙ্গল
ঐখোয়দগী হেন্না,
কুক কুক ইন্নরে
অইংবদা
পিক্লবা শাতুম অমগীদমক
মুমিৎশিং
লোইবা নাইদনা।
অঙকপনি
জহাজ শাবগী চাওরবা থবকশিং
শুদ্রে করিম্থু
চুরুপ থকপা নত্তুনা!
থম্মে জেলদা,
তৌরে ফাঁসি মখোয়বু ;
ককথৎলে মখোয়গী কোকশিং
মহুদা করম্বা
ভমগদগে থবক শুবা শিন্মীশিং,
তোম্না কংশিল্লবশিং ?

তৌইগুম কুলাকশিংগীদি
লৈ চীনজাক মপৈ মপৈ।
কুলাকশিং,
ওইরমদে মখোয় পংনা থবক তৌবশিং
পৈশিন্দুনা থমলমই লোংতুনা
রাস্থগদবা পুংজাহু লাক্লিবফ'ওবা
মখোয়গী চিনজাক
অমস্থং থাও থোক্লবা ক্লবলশিং।
পীবক্লে চৈথেং অকনবা
চাক্লাস্থনা,
হাংলে শোযনাইদনা নোংমৈ মরুদগী হেন্না।
দরকার ওইরে নংনা অকনবা খুংপায় অম
নত্তবা অথোংপা অমেংবা।
খরম'তুনা খোঙশাল্লে লেনিন্না
থেংননবা কুলাকশিং
চিঞ্জাক তানবগী অপুনবা শক্তিনা—
অকনবা উপায়নি।
সিগুম্বা তানজাসিদা করম্বা
রাখলত্থমক গনতন্ত্রগী
চংবা ঙমগদগে
পংলবা কনাগী কোকশিংদা!
চংলোই মখোয়দা
নহাক্নী শোক্লবা রাখল তাং তৌবা মানবা।
খুংলাইগী মনিং তম্বতনা
লমজিংগনি ঐথোয় মায়পাকপদা।

" হুরা !

কদাইদা চৎখ্রে নোংলৈদো ?

কয়াদা চাওখ্রবনো রাথলসে ?"

তাকলে লেনিন্না

লুরবা সাগর অম

হুঙজাও করিস্থ লৈত্রবা

কো ওপরেটিভকী থোঙ্‌গ্‌না

শারিবা মহুগী মথক্তা।

অস্থুন্না,

নিংথীজনা শেমজল্লহুনা

কমবাকুশিং

হোল্লে চাওরবা

লৈবাক্লা

সোভিয়েটকী।

লেনিন মশান্নকনা

থাংলে উজাওশিং, য়োংশিং

নপশন্নবা

কায়-তোয়খ্রবশিংদা,

থল্লে মার্কশিং অঁমসুং ওল্লে লমজৈ থাহুনা

য়েংলহুনা পুন্নমক উরবা শিংনা

তুংদা লাকদবা কো-ওপরেটিভশিংদা,

হুকানশিংদা

থৌশিল থৌন্নাংগী থবকশিংদা।

অমূক হন্না
মহাক্ক য়ুংলে—
মহাক্কী য়ুম্নী
খোঙগী মথক্তঃ
থাল্লে মৈরা
মাংদা
ভুংদা, নাক-য়েত্তা!
ওসিদগীদি,
পথাপ নাইবনা
মুমিং খুদীংগী—
লাঙ্গোয় চল্লগনি,
লৌথোক্লগনি
অনিমক নোংলৈ নুংশিংকী শাক্
অমদি অঙকপা লান্দা।
অহানবমক্তা
থাদোক্লে ঐখোয়না,
খুদোংথীবগী চেকশিনগদবা অকি-অখং।
মী পুন্নমক ইকায়বা নংলে—
নাহৈ অমফাওবা হায়দনা!
মরমত্তুনা হৌজিক চংশিল্লো মাংদা—
লোইপ্লে ভুং-হনবগী মতম।
R: C P: —
গী ক্রেয়ুনা
শন্দোক্লে মকম খুদীং চাওনা।

হিংগ'নি কম্যুন অসিনা যুগ কয়া।
করিনো মথোন্দা দেকেড অম?

চংশিল্লু মাংদা;
লাম্ফোকনি NEP অমগী
অরা-অনা লৈখোমগুম পুখরব'।

চৎকনি ঐখোয়না
অমসুং শাগৎকনি
চামরক হেন্না ভপ্না ইংনা

অদু ওইরবদি পুন্সিরগনি চহি চা কয়া হেন্না
ঐখোয়গী দলাগশিং।

অপিকপা "Private enterprise" গী
লাংনা
থাংলি ছৌজিকসু
ঐখোয়গী খোঙজং থৌনাগী মাংদা;

ভোইগুম্মসুং থারবা লৈচিলশিং ফাওনা
পৃথী থুংনা শন্দোরক্রবা নোংলৈগী

অহানবা নোংথাঙগী মঙাল
থৈগ্রে।

ভাম্ফোকগ্রে অরিবা য়েক্লবশিং
অদুগা পীরে মকম অনৌবদা।

অদুম ওইনমক ডাইমু-- পৃথী পুম্বগী
অতিয়াথক্ত
মৈহৌগনি ঐখোয়না।

মতুনা ওইরগনি
শোয়দনা হেনকররবা
পাংখোকপদা
ইবদগীদি —
করেকো ?
ওসিদি,
ওইরবস্থু অফিসতা
ডাইরেক্তর অমগী
নত্রগা *লাথে অম ·চলাইবদা ( Machine for holding pieces of metal while they are being shaped )
প্রজাগী ওইবা ফেক্তরি অমদা,
ঐখোয়না উরে —
প্রোলেটারিয়াটনা মায় পাকলে ।
অতুগা ওইরে লেনিন্না
মায় পাকপগী য়ুমশাবা মীশক ।
কমিনটর্নদগী
থাজোল নুঙথং য়েকপা
অনৌবা কোপেকনা
ওাল্লি মকা লাম্বা,
ঐখোয়গী খোনাগী থবকশিং
অমস্তুং লানঙমশিং —
য়ামগ্রে অমস্তুং চাওগ্রে,
থলহল্লে চেনা খুদীং মথং মথং
লেনিনগী ৱারী চাওরবা ।

লালহৌবা
কারবারনি প্রজাশিং ;

অহুবু লমাইশিংগী
মখোয়গীদি ওই পুঙম-থাঙমদবা,

অহুম ওইনমক
লেনিনগী ওইরমই অখোইবা সিপাহী
মমাগবশিং'রক্ত

মহাক্কী পুক্নাং শাফু কল্লবা শক্তিনা
মহাক্কী উইল য়োংকুম চেংনা।

লৈবাকশিংনা হোরকলি
মথং মথং

পাংথোক্কুনা
অমমমনা
মহাক্কী লাইকাওশিং

জাতি খুদাং মীশিংনা—
অঙোবা অমসুং অমুবা
অনিমক্না—

চংলি
মথাদা অচৌবা ফিরাল
কমিন্টর্নগী।

সম্রাজ্যাবাদীশিং
অমদি বুর্জ্জুৱাশীংনা
য়াম্মদবা মীশিংগা মখোয়গী,

ওংলহুনা পৃথীবু
পাল্লি মপু ওইহুনা,

চীং-লেমনা হৈজিনত্রে
মখোয়গী কোক্তোন টুপী লুহুপশিং

ইলিচকী মহৌশা খৌর কোক্ক
সোভিয়েটকী রিপাব্লিক ওইরিবা।

হোংনত্রে করি'মত্তা
নত্রগা ভৌনিংত্রে ব্লিক ইনাকখুনবশিংনা,

এখোয়গী ঈনজিনগী খোঙজেল্দা
চেল্লিবা মৈখু মপৈ কামখোক্লহুনা।

ইথং থংজৌদনা মতমহুদা —
শন্দোরক্লমই পাওহু থম্মোই কায়নিঙাই ওইরবা
ইলিচ

রাস্থথরে ···· ··· ····

করিগুম্বা
নংনা উংলম্মম্বা
ম্যুজিয়ম অমদা

পীরাল্লিবা বোলসেবিক অমঃ
লুমিং চুপ্পা পৈরগনি মখোয়না ম্যুজিয়মদা
য়েংননবা মাবু।

ঙকনিঙাই ওইদে —
উরম্মোই নংনা অসিগুম্বসে মমাং চহিশিংদা।

মচিন অঙা পানবা ষ্টারগা
মথক্ত খায়বীরে ঐখোয়বু
পোলিস * ভোইভোডশিংনা। ( voivodes )
হিংনা কুমথি
নৈলুংদা ওকমথৈ লীংখৎহল্লুনা
মামোনটোভকী ডাকুশিংনা (Mamontov)
রেলগী মৈকোমদা হিংনা লংশিনখি
জপানিস লূটরালাশিংনা,
খাদা য়োংকী মহী হৈজিল্লি,
নোংমৈ মুক্কুনা খমকা তৌই ;
"খাদোকউ মহু !" লাওরকই শাওনা,
তৌই শুম
মফুৎ হোরবা মৈচাক্লবা খনাউদগী
"কুইনা হিংসল্লু কম্যুনিজম"
হায়নদমক লাওরকই।
পরেং পরেং
অমগী মথংদা
অম লাক্লে;
মশীং খাঙমক্লবা পাক্কলগা,

* Voivode: the title of the head of administrative division ; in Moddavia and Walachea, the formei title of the princes. RUSS. voeveda: a general.

য়োংগা পাঙথক্লবা থৌনা অসি
শক্তি অসি,
রেসেসকী মতমদি লোইথ্রি হৌজিকস্
অহুবু মীয়াম তিল্লে
জম্মুয়ারিগী তাং কুনগানিথোই
মখোল মঙা য়াংবা
সোভিয়েট কংগ্রেসকী ব্যালডিংদা।
ফমংরে মখোয়না
ফাগী-জুগাই
করেম কথাইনবা,
য়াফমশিং থন্ন বৈনরে
অওইবা লোন্দা-পুদ'দা।
মতম ওইরে হৌবগী!
হৌদ্রিবা করিগীনো মখোয়না -
মফম'সিদ',
করিগীনো অহাংবশিংসি প্রেসিডিয়ম মন্নুংদা?
করিগীনো মখোয়গী মীৎশিং
ঙাংশং ঙাংইবা?
যেংঙু * কালিনিনদা—
চুমনা লেপ্পা ফাওবা ঙমদ্রে।

* Kalinin.. [ Mikhail Ivanovich Kalinin ] one of the oldest followers of Lenin : chairman of the All Russia Gentral Executive Committee and later of the Presidium of the Soviet of the U. S. S. R.

করিগুম্বা অমদি খোকঅমাল্লে ?

করিগীনো মসিবু ? .... ....

ছুমিন লৈয়ু ।

করিগুম্বা মহাক্ত ওইরম্লবদি ?

নত্তে. ওইরোই মন্থ খক .... ....

কত্তবগী খুদম মাল্লবা শিলিংনা

নম্বরক্লে ঐখোয়দা

নেমথরক্লহনা ;

লুক্কুরে কোকশিং

লৈমায় মীৎয়েংনরে পুক্লীংগী চিংনবনা।

ইখং খংহৌদনা

অকিবগী শক্লোন লৌহনা

মুশি-মুশিরবা মীৎয়েংনা শুকথবগী

য়েংলকলে মৈঙান্দুনা

চান্দেলিয়ারগী ।

অচিকপদো থুগায়ব্রে পামদনা খিংলকপা কাংশিগী খোজেম্না।

ছোৗগৎলকপে কালিনিন,

পুক্লীং উইলতনা

পীরাং -

শিন্থরি মায়থোংগী অকুবদা

গোনা লোংকে থৌরাংহনা,

অহুবু ভৌবীরে মহাক্ত নমথাক,

ইরং লংনা মহাকী কোইগী মত্তোন্দ

মতুম : মতুম য়াম্বহনা ।

থম্মোইগী শিংলোনদি মৈহৌরে –
উপাই লৈতে মখোয়বু নমথবা ;
রাখল ভুকক ভুকাই চম্না –
করাংগুম চপ য়ুংনা লেপ্তুনা ;
হায়রকলেঃ
" ঙরাং
সুংথিলগী পুং ৬'৫০ ভাবা মতমদা
লৈখিদ্রে
কমরেড লেনিন ।"

★

চহি অহুনা
উহল্লে দৃশ্য অম
চহিশিংদা মীৎমাংনরম্লোইদ্রবা।
সুমিৎ অহুনা থম্নমলগনি
অরাবগী রারী অসি
মতম চুপ্পদা পুক্নীং ভুজুংনা।
অথুকপনা
নৈহৎলে পুক্নীংগী মৈচাকপু ঙংলক্লিবা থম্মোইদগী।
বোলসেবিকী পরেংশিং
হুমদোকপ্রে
হীক্র হীক্র পীরাংনবগী ঊথক্রা।
কয়াদা লুমগ্রবা শাকুনে !
ঐখোয় পুন্নমক য়ুক হোৌগৎলমই।

ৱাংগ্লোলহ্ খংসি।

করম্বা মতমদা কদাইদা ?

লোত্তুনা থম্মিবা করিগীনো মখোয়না মচুম্‌.

কত্তেদা!

লম্বী সড়কশিংদা,

শেমলি কু পুনবা অঙৌবা গাড়ী।

বোলশোই থিয়েটর নিল্লে ঙুং ঙুং

হরাউ নুংঙাইবা

চৎলে উপশিংননা।

অরাবা

তপথবা নৈত্রে কৈদৌনুং।

ঙান্দ্রে কোরৌ অমত্তম্

ঙৌত্রে উনলেন

মমথক্রে মায়থোং ভাইনা।

পৃথী পুম্বা

খবরচেগী চক্সুদগী

খিকথরে অইংবগী ঈরিক

কয়লাঙুম মুরবা উল্লেনগা।

শিখীশিং

থবক শুরিবা গ্যারদা

পাল্লে পাওহুনা

মৈ - ঙাংলবা নোংমৈ মরুঙুম।

অসুমন তৌরম্মনি

শীরাং খুজোক অমনা

হৈথবা মহাক্কী খুৎসাইশিংগী মথক্ত
উৎলিবা।

লৌমীহু,
পুল্সিগী নোংখাং চারবা.

নাম্থোক্লকলবা
অশিবদগী অমুক'নিরক,

থোরকলে সহধর্মী নাক্তগী—
চৎলকলে হাইরং,

তৌইগুম খংই মহাক্কী মুপীনা
মখুৎতু ইমোং মোংলি মহাক্কী।

লৈ মীওই থরদি —
কনানহু পেৎহনবা ঙম্মোইদবা মখোয়গী থম্মোই;

মখোয়হু কাওবনা
চিক্লৈ ময়া ক্লেক ক্লেক,
চিনবান তাইনা ৱাবনা।

অঙাংশিং
মীকুপ অমগী মন্থুংদা হৈ-শিংলক্লে, অহল ওইরকলে

অহুপা,
অঙাং মচাগুম,
মকোইংপুমণৌ ঙৌরবা অহল
কপ্পা হৌরকলে ওখোংনা।

পৃথীগী মকম পুম্নমক্ত
মুংশিং অহুনা শিংলে
তমথবা নাইন্নবা অৱাবগী,

মহাক কুস লালহৌবা,
লেপ্পা ঙমদ্রে ঈথক তহুদা
মফমসিদা মোক্লগী,
ইংলবা কা অমদা থমজিন্দুনা
যাতাপ্রে মহাক—
মপা অমসুং মচা অনিমক ওইববা
রিংভালুসনগী।
অবোইবা অহুনি
অবোইবা,
অবোইবা …।
হ যজবা খুনাইংনক
কান্নখিদ্রে করিস্থ!
মিংশেল চল্লবা
মহুগী মনুংদা—
লৈদ্রে।
মহারী
মখোয়না পুবকখিবা
পভেন্দুটঙ্কী ষ্টেসন্দগী—
সহবদা।
মহুদি মহাক
নাখোকে লোর্ডশিংদগী
লম্বীনা ওইরে অশোকপা অম
অসুম অসুম ফচিল্লক্রবা,
মহুগী অনাবনা
ককথৎলে
কাওথৎলে।

মফমসিদদি মী খুদীংমক্না
খংই লেনিনবু
মশামক

লুমলবা খোঙথাদগী
অহানবা ওক্তোবরগী লান্দা।

মফমসিগী শ্লোগান খুদিংমক
ইবিবা বেঙবশিংদা

পুংথাকপনি মহক্না
ইবনি মহাবনা।

মফমসিনী টাবাব পুংমা
মহাক্কী বক্তৃতাবু
থাগংখিবনি,

ইনখিবনি মহাক্কী তুং
মফম খুদীংমক্ত
পুক্নীং লোংদনা ভনদি থম্মোই চেংনা।

মফমসিদা খংই লেনিনবু—
থবক শুফমদা অমসুং ওফিসতা।

তিংথোকই মথাযগী থম্মোই
স্পুন-টগী টুংগুম
মহাক্কী লম্বীদা।

লনজি লমই মহাক্না,
মা-পাকপগী নাইকোংশিং
চেংশিলহল্লমই মহাক্না।

অঘুগ য়েংলমই -

প্রোলেট বিয়ানশিংনা

শাসন তৌবা।

মক্ষমসিগী তৌমী পুন্না

থাগোল্লি চেৎন লেনিনগী লিংজেন

ভু শিনা চাল্লা

নিংথৌগী মী পুন্নমক্তগী হেন্না লুনা

লৈবাকসি

লেনিনগী যাথংদা ওইবক্রমই

নহাক মশাগী -

মংলান অম

মনান্দুনা মক ইপা-ইপুশিংনা

লালহৌঙবা

অমস্তুং শিঙবা।

অঘুগা কম্যুনার্ডশিংনা

মখোযগী মংক্ষমশিংদগী —

বেড স্ক্যাবগী

হায়বকপগুম লৌবমই

"নবপ,

মু শিরবা,

হিংউ,

ব্রাকফম লৈতে অফবা লাইবক অমগীদমক

কংথোক্কদবনি থবই নোংবক হন্না নিখোযনা

মতুং মপু যাহনবগীদমক।"

ৱাহৈ অহু

হাযবক্ৰসমু —

মীশক গমনা অঙবপা শেন্না

ঐখোযগীদমক শিননবা

মহুনা হৌগৎহল্লসমু মহাকপু ;

লম্নীগী তুবেল চাওখৎলক্কনি

ঈপাগনি মখোযগী তোর্বানশিং

তহুগা পুম্নমক

শিগনি ফেংদোক্কনা নুংঙাইবা অমগা ।

তৌইগুম লৈতে অঙকপা তৌবা মহু ।

লেনিন খক্তনি ।

লেনিন,

মহাক্কী কোফিন

অমস্তুং

ঐখোযগী থাং কল্লবা পাঙ্গল ।

নুপা অসি ওইবমই মীওইবা অম—

মীওইবা অমগুম অতৈনা ওইবিবা ।

মরমহুনা খাংনা —

ত নদা

মী নং ং দা ও হুনা নাক্নিবা ।

কৈদৌঙৈদম্ব

লৈখিদি

পেংলুন অম হুন্না মমল নাইদ্রবা

পুম্নিন্নখিবা

মীযামগী সাগরনা

অহুদগী অঙাংবা কোফিন অসিনা

শেংভাযাত্রাদা পুরিবা

অৱা-মৈশারবা লেংবানশিংদা

চৎলি কপলহুনা।

গার্ড অফ ওনবগীদমক

প'ক-চাওনা তিল্লে মীযাম

অথৌবশিং,

সত্থ ফংবশিং মহ'ক্কী লৌশিং জ্ঞান শক্তিগী

মীয়াম,

ঢাইঙমদনা

ঙুং ঙুং নিল্লে

অমগা অমগা ইন্নরে ব্বক ব্বক।

১৯১৭ কী চাকু-তাংবদা চবান্নবা কনাবু—

পুবা ঙমখিদে' হয়েং চাবনা ঙৈ খন্দুনা।

অহুবু অসিগুম্বা তমথীবসিদদি,

ন্নুংবঙনবগী,

খমথেংনা কীবগী

-হারে'ন,

-হল্লোন—

পুন্নক

লোইনবা তানশিল্লে অৱ'বন'

খুঙ্গং অমসুং সহর পুন্নমক্তা

পরেং লেংলি,

নহা অহল পুন্নমক্তা,

শুমহৎলহুনা

অৱাবগী চৈথেংনা

শুরি-নোমলিবা পৃথিবীনা
চৎলি
পেরেডতা,
অহিংবা পুম্নমক্পা
লেনিনগী পুন্সিগী।
য়েংথরব্রি,
নুংশাগী মঙালনা
উশাগী মরক্তগী নীংথাবক্কুনা,
ঙমথবকি
যুমথক্কী ঙমথবদগী,
নাপু মচু শানা
চাইনিজ মীকানেসবুম নিংথীজনা চেংথানববা
নুপশিল্লে মখোয়গী অরাবদা
তেংথাবহুনা মখোয়গী আশানা
অহিংনা
কুপশিল্লে
হকচাংদা
নুংথিলগী
বুদ্ধি চোইববা পুংজ শিং
অমসুং
পুক্নীং চনৈনববা মতমশিং
অহম্মা নাল্লে,
অহিং থুইদবা
থরানমিটাক্কী মঙালগা,

তৌইগুম, নেগ্রোশিংনা

পীরাং-পীরোইনররি মকমসিদা

লাক্তুনা মখোয়গী লৈবাকশিংদগী।

অইংবহু,

থৌশারুদ্রে কনানহু,

শাহনগে নিংদ্রে কনাগী খোঙ,

অহুন ওইনমক মুমিৎশিং

হৌদ্রে

রানা রানা

কনা অমত্তনা

হেংৎনদ্রে

তরহুনা পুন, পনি শাগৎহনবা-

তুমিন লৈয়ু!

অইংবনা পায়শল্লকলি চেৎনা অমত্তু নৈরি-

চাংয়েংতৌবগুম

কয়াদা তমথীবনো হায়বা

মুংশি মথৌ শংলবা অনিংবা অসি

মরক চংলকলি মীয়ামলক্ত,

মখোয়বু পংথহন্দুনা চেৎনা-

চংলকুলি তুমিন্না

মীয়ামগা লোয়নননা

খাংঙম্বগী রাংমদা

খোঙকাপ লাওনা থাংলম্বা,

তেন্না থাংবা হৌরকলে।

তুমিন লৈয়ু।

শ্বরগী খোনজেল লেপলেঃ

করম্না হৌখিবনো মহু,

থাজবগী বাংম য়োনা কীরবা,

নিংবা কায়বা অদো,

খমংথেংব, ঈরক মরি শিংবগী?

ঈরিক অহুনি

পেনি অমনা মরি থোকপ জ্ঞানগী

মতমদগী

হিজ মাজেষ্টি গেড্ডদা নীনই ওইখিবগী ফীবম;

ঈরিক অহুনি

মহাক্কী অকিবগী শক্তিগা লৈররিবা—

লেনিন অমসুং

মহাক্কী কুদা,

মহুগী রাংমদনি—

কম্যুনগী মিংচৎনা ডান্থোইরিবা

লেনিনগী মায়থোং

উই নখোয় পুন্নমক্না অমসুং,

*ন ক্রেজকভা কে নষ্টোঙ্গিনে ভন গা মায়থো

মশেল মবাননা

করিগুম্বা মীংসিদা শিস্থবমদ্রবদি পীবং

হেনা লায়া শেংনা উরমগনি

তক-তরুবা মতমদা মীংনা

উখিবদো ঐনা লায়া শেংনা মতমহুদা।

---

* Lenin's wife, staunch Bolshevik.

পাইরিবা ফীরাল শিলককী
লু লুকথরে, তয়া তা হাইরকে
উৎপা মঙদা অরে ইনা ইকাইথুম্নবা
"কায়নরি,
কমরেড,
পুকচেল চাওরবা পুন্সিদগী
চৎখ্রবা ··· ···
চৎলোকো ·· ···"
অকিবগী মশকনি !
উইশিল্লু মীৎ
অমম্বা খোঙথাংনি
ঙমখৈ নাইদবা
অরাবগী থৌরিনা পুনশনবগী।
মীকুপ অমদি
লৈহৌরে মায়থোং শুদীংদা
থাজনফম ওইববা
অচুম্বা অঙ্গুতমক।



কয়াদা মুংঙাইখ্রবনো !
ঐগী হকচাংসে
যংলে য়েন্থ্রুগুম,
তাওথাখ্রে
মীয়াম চংপা খোনজেলগী নিল্লবা ভুরেনগী ঈচেন্দা।

খংলে ঐহাক
শোয়দনা লৈহৌবগনি—
ঙসিদগী আ ভুংফাওবা
অসিগুম্বা মীকুপসিগী মঙানসে
ঐহেচান্দা ঙানহুনা।
কয়াদা মুংঙাইখ্রবনো মসি
শরুক অম ওইবা অপুনবসিগী,
পীবাং ফাওবনা মীৎলুগী
শরুক য়ামিন্নরি মীয়ামনা,
মসিগী মন্নুংদা—
খ্বাইদগী হেন্না শেংলবা,
খ্বাইদগী পাঙ্গল্লবা অপুনবা
ঈহুলহৎগা লংনা ঙাহল্লিবা
কৌই মহাক্কী মমিং কাংলুপ।
ফীরাল ফীনাশিং
লুরক্কবে
মথং মথং,
হয়েংগী লানক্নমদা
হৌগৎনবা'মুক হন্না;
"ঐথোয ইশামকনা,
ফুংশিরবা ইচিন'নাও,
খুমজিল্লে
মিৎসনাশিং মহাক্কী শিংলবা......"
লেংবান্দগী লেংবান্দা—
তাহল্লোই লৈখাদা!

ফিরালশিং মুংশুক মুংজারে
মীৎশিং ঙাংলে ঙাংশং,
লংশে পীরাংনা
পীননবগীদমক অরোইবা বীদায়—
লাকলে পুম্নমক
তপথনরকলে
মাঙসোলিয়মদা।
চংথরি পোৎলোইবগী থৌ-পূজা।
ৱাঙাংশিং শমথরি।
হোই, ঙাংলিবশিং চুমই;
অরাবগী পোৎলোইসে
ঙাইরে মীনিট অমথক্ত—
কয়মনা য়েংহৌসিগে মহাকপু—
পেন্নাই-খমননাইদ্রবা মীৎয়েং'মনা।
পরেং লেংলি মখোয়না
তথুক্না মীৎয়েংন-পুক্নীংগা
য়েংথংলি
শাউবনা
উন মকুপ থে'ন্নবা ঙিকতা
কয়াদ নুংঙাইনা
জগোই শারিবা * স্পাক য় ঘড়ীগী পাম্নোম্না
মিনিট অম —
হৌগ্রে অরোইবা মতমদো
তা'স্থাকগ্রে মখোয়না

*Spasskaya: Kremlin Clock – tower,

পাও অসিনা,

উচুক যুংলে, মীওইবা জাতি,

ওইরে লে'ম্হোকবা।

পুক্সিগী,

য়াওল যাত,

শুর হোনবা

লেপপ্রে।

মহাকপ্নু,

মুংথঙ ঙাংবা খ জংলিবা

ইনম্ন মমংল।

পৃথীবী,

নেমশনপ্রে, লেংথিপ্রে কমকমপ্রে।

তুমিনা লৈপ্রে ইচিক চিকপ্রে

অরোইবা মতমসিদা খ্বাইদগী চাওরবা লাম্নী অমগী।

কাপলে তোপ

লীশিংলক হেন্না।

অদুম ওইনমক, তোপকী খোনজেলশিং

থোক্লে অচিকপগী খোজেল

চাকনিবগী টুপীদা

খিংলিবা পেনিদগী হেন্না।

অরাবনা

লাকশল্লে চেংনা

শোল্লগা মীংনহাগা

লেপলি ঐনা,

তংথায় জ্ঞান মাং,

মুশি মুশি হোন্দুনা শর।

লংলবা বেন্নরশিং

হৌরকলে মকথবা

ঐগী মাংদা,

পৃথীবী,

লেংখিত্রে অশিবগুম।

অমুবু,

কু অসিগী মথক্ত–

তেংথারি মীওইবা জাতিনা,

ঐথোয়গা লোয়ননা,

লৈবাকশিংগী মীহুৎশিংনা

কোয়না লেপ্লে

থবকী নোংলৈ অমুদা

অবাংবা ঈথর্ক্স।। তমুলমলবা

শাগৎনবা অমতুং

মপুং ফাহন লোইশন্নবা

খোল্লে য়ুমম্ফম মুম্নিং অসিনা।

পা

তৌইগুম হৌজিক,

লুক্কলিব বেন্নরশিংদগী থক্তোকপা

অৎাংবা মঙাল্লক্তগী

থোরক্লে খোঞ্জেল * মুরোভকী
"Forwand
march"
য়াথং অদো মতিক ওকই
ঙমদে ইন্দবাঃ
ঐখোয়গী থৌনা খোমজন্দুনা ;
হেন্না য়াম্না
অমম্বং
চেৎনা
লুমথরবা হকচাংশিং বানা পুহনা
চৎলে,
মেৎথ ঐখোয়গী খোঙথাং
স্ক্যয়ার থাদোক্কনা।
বেমর খুদিংনা
ঐখোয়গী কোকথক্ত
চোক্কথরবা খুৎশিংদা
পাইরে বাংনা—
ঙমলিবমথৈ।
ঐখোয়গী চৎলিবা রেম্কদগী
শন্দোকলি
শক্তি

* Murolov; Murolov, N. I, -- then commander of the Moscow Military District,

কোয়রক কোয়বা মঙংদ',
পুরহুনা পৃথীবীদা
রাখল অমথক;
রাখল অমথক
মীয়ামগী অপান্বা অমগী
চাকলি
লাম্মীদা,
শিনশঙদা,
লৌবুক্ত,
'হুবু বাগনি কোকথোং পুনা রিপাব্লিক অসিনা
য়াওদনা লেনিন।
মহুৎ শিনসি মহাক্কী,
তৌইগুম কনানা শিনগনি
করম্না ?
"ওকলে উইথবা
মা য়োমলবা মোনপাক্ত!
কমরেড সেক্রেটরি,
লৈরে সিদা
এ খোয়গী দরখস্ট:
ইম্মু,
ফেক্তরি পুন্নমক
সদশ্যগী মিংপান চেদা
পার্টি থোরাংবগী।"
তমথীরবা হুমাং
শিন্নরকলি
বুর্জ্জুবা শাদোংদগী -

হেল্লো হীহোনবশিং,

মুংঙাইরবা থম্মোইগী !"

হে, মুনিং কোরৌহনবা

লাকলো ওইরো সাক্ষি নহাক্না !

থুরো,

নালহনলো তেংথাবগী খুইজিনবশিং।

মপা মপুগী পরিংদা;

অঙাংশিং উৎলে মখোয়গী মভিকচাবা—

Tra-a-ta-ta-ta-aa aa !

শক্তি মখোয়গী শিঙ্গানা অয়ুক্তা।

" অম- অনি-অহুম,

লমজিংবনি এখোয :

কাঁদে এখোয়না ফেসিস্ট—

লাকসমু মখোয় থেংনগনি।"

অরেম্বদা

চহি য়াম্নবা ইউরোপনা

খিগৎলি হুইগুম।

"হল্লো !"

পাওয়েল্লি এখোয়না মঙোন্দা,

"শিংলো !"

লেনিনগী

অশিবা'ড্রমকনা

ওইরে

খাইদগী চাওবা

কম্যুনিষ্ট-শিল্লাংবা !

পৃথ্বী থুংনা শন্দোক্লিবা জঙ্গল
ফেক্কবিগী
মপৈ
চাওববা ফিবাল অমগুম
চাওববা
রেড স্কোয়ার
খুৎ মিলিয়নবু
শৌজল্লি মহাক্কী ষ্টাফতা,
হাংনা পাইবি
অকনবা লমজ্জলগা
অভিয়াদা
অত্থুগা,
ফীরাল অত্থুগী
মচি খুদীংদা
হিংলি লেনিন
মহৌশাগুম,
লাওবা
" শিল্পীশিং,
থৌবাংলো
অরোইবা লাম্হৈংনগীদমক
মীনাইশিং;
খুকুম্নগনু—
নখোং খুকউ থুপচিন্দুনা
হৌরো প্রোলেটেরিয়ান লাম্মীশিং
অকনবা শক্তিগা ?